# চীংনা কোয়না পনশারি

মেছিন্নরী থোইবা



রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল

**Chingna Koina Panshari**
*a collection of Manipuri poems*
by **Machinery Thoiba**
Imphal — 795 001.



*অহানবা ফোঙবা* : ডিশেম্বর ১৯৯৬

*কোপী মশীং* : ১০০০

*কোপীরাইট* : মেছিন্নরী থোইবা, ১৯৯৬

*অফোঙবী* : কুমারী সেরাম অমিতা দেবী
লাংথাবল নম্বুল মপালদা লৈবনা
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙবা

*নম্ফম* : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
*পাউনা বাজার, ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১*

*মখুম* : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
*শিংজমৈ মখা, নাওরেম লৈকায়*

*মমল* : লুপা ৫০

*ফংফম* : বুক কেভ
*পাউনা বাজার, ইম্ফাল*

---

*অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক :*

**শাম্মরক ডাম্মরক (শৈরেং) ১৯৯২**

# অইবগী ৱারোল

ফাগী য়াদবা শৈরেংগী লিরি খোইরিবা মতৌনা ঐবু মনাক্তা কৌশিনবসি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে। হেক হেক্নি।

পাঙ্গল থোক্তনা ৱাবা, নুংঙাইবা অনীগী য়ানশিন্নবা মশক্তি ঙাইবনী। ঙাইবদগী হেন্না চেৎশিনবা মচুদী শৈরেং ইবনী।

ঐগী ইফমদদি য়েংলি উরি তারিবা পূন্নমক ঈচেলনি। ঈচেল অসিমক ইবা লোইদ্রিবা শৈরেংনি। শাফু কনবা থৌদোক ৱাথোক নৎত্রগা প্রকৃতিগী মীহুলনা চৈনা ফাওহল্লকপদা ৱাহৈগী শাথেক্লা তান পীরকইঃ 'ইয়ূদনা করিগুম্বা পরেং খরদী'। হায়দবা মান্না ফোঙদোকপা নৎত্রগা হায়গে য়াওনা হায়রকপা, অনীমক্কী ফিদা ফংঙি শৈরেংদদি। মসিনী ঐনা নুংঙাইজরিবা; পেঞ্জরিবা।

শৈরেং লাইরিক অসি ফোঙদ্রিঙৈ মমাঙ ফাউবদা চীংনা কোয়না পনশাবা ৱাখল অমা লৈরম্মী। য়াম্না মোং হাদনা, পাইথোকপা ঙমদ্রিবা উচেক মচাগুম মহুমদা, মহাউ তঙনিংবনা ঙাওরদুনা শৈরেংগী তাইবঙ অমগীদমক।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা লাইরিক অসি ফোঙনবা তাকপীরকপদুমক অহীংদা নোংথাঙ কুপ্লনি। অদুবু চৎনবা লম্বীদি লম্মাঙনহৌই অমম্বদা ফনা কুইনা। মতাংসিদা ইয়াম্বা লাঙ্গোল ইবোয়াইমনা পাংবীবা মতেং থম্মোয় শেংনা পঞ্জনিংঙি। শৈরেং অমমম্না মরোমদোম লেপচবা ঙন্নবা শিক নান্দুনা কয়ারক হন্না হোৎনমিন্নখি। বানানগী অমসুং ৱাহৈগী দোষ লৈরম্বা খরশু ওঝা থাংজম ইবোপিশক তান্নজরুবদা মমল য়াম্নবা মতেং পাংবিরকখি। মসিগীদমক লেঙদনা লৈহৌরগদবা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। ইজ্জৎ লৈনা মীমাঙ থোকপা ঙন্নবা চেখুমগী লৈতেং শেম্বীখিবা ঐগী মরুপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমদা থাগৎচরি হায়বা কাওঙম্নরোইদবা লমন অমা তোনশিনজরে।

সিদা নত্তে, লাইরিকসিগী, কুপনোম, কুপচেন থৌগায় কয়াদা লোয়নখিবা মরুপ মপাং, নুংশিজরবা ইনাউশিং পুন্নমক্কী মফমদশু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

মেছিন্নরী থোইবা

*লাংথবাল নম্বুল মপান*

*১২ ডিশেম্বর ১৯৯৬*

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃঃ চহী ১৯৮৮ দগী হৌদুনা রাইটর্স ফোরমনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী অইবা/অইবী ৪৩ গী লাইরিক ৪৩ ফোঙদোকখ্রে। লোয়ননা চৎলিবা চহীসিদা ফোরম মশাগী ওইজবা "মণিপুরী সোর্ট স্তোরিজ – ভোলুম অমা" (ইংরাজি লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙবা) লাইরিক অসিগা থানা পুন্না লাইরিক ৪৪ মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা মেছিন্নরী থোইবগী **"চীংনা কোয়না পনশারি"** কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিনা ফোরমগী ৪৫ শুবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিন্নবা অমসুং অইবা মশানা লাইরিক ফোঙজবদা থেংনরিবা খুদোংচাদবা কয়া কোক্লবা হোৎনবনা অইবশিংগী মরুপ অসিগী মপুং ওইবা পান্দনি। শেন্দোং তানবগী রাখল লৈজদে; অইবা মশেল খুৎশন্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোথোক পুথোকমিন্নবনি।

মরুপ অসিগী ৪৫ শুবা লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা হরাও তয়ানা শিন্নজরি।

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
*জেনেরেল সেক্রেটরী*
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
*৪ ডিশেম্বর, ১৯৯৬*

# য়াওরিবশিং

---

# লোৎলিবা থব্রায়

ৱাকচীংগী উনখানা য়ৈহৎলবা
কেল্লবা উনারা হিংলিবা পুন্সি
ঐতদি হায়দুনা লোৎলিবা থব্রায়
হায়য়ু করিগীনো অদুক পাঙড্রিবা
চঙঙ্কুরবগে কয়ারক হকথেংনবা লানফম?
নত্তে, অকিবা ৱারীনা থম্মাইবনি নথম্মোয়
লানমীদি ওইরগা, লানবু কিরবা
লানমীনি পুন্সি লানফম ময়ায়সিদা।

লানগী ৱারীবু হাৎনবনি হায়না
লীবিরি লান্না তারিবা ঐখোয়দা।

অনৌবা য়েন্নিংনা উনখাবু নিংশীংদুনা
লৈখাদা নোঙ্গুগে হোৎনরি ঐখোয়
অদুগা হিংলি পুল্লপ তাশীন্দুনা
থোক্রমদনা তাখিদৌরবা নুমিৎ ওইনা। ❖

*জনুয়ারী ১৯৯৩*

# ইম্ফাল সহর

ফরকখিনী থাজদ্রবা লায়না অমনা
নারকপা কুইরে ইম্ফাল সহর
শদৌ থোংবা ইপাই-থবাই
মিহুল অমা দুকানগী গলি খুদিং
অরৈবা অয়োনবা অনীগী মরক্তা
নোংমৈ পায়বা সিফায় পরেং
মিহুন য়েংলি ফমশেন্নরিবা মাইবগুম।

অনাবগী এক্স-রেদা উবা ফংই
য়েঞ্জাং য়োনবীগী প্লাষ্টিক পাকখন
ফি-দুকানগী ব্লাংলবা দলান
মরক্তা ফিরাল পায়বা সভাযাত্রা।

ইরৈবাক্কী ডাক্তরনা লায়েংবা ঙমদে
ডাইগনোশিসকীদমক দিল্লীদা থারী
ঙাইখিদরা মদু হল্লকপা ঐখোয়? ❖

জনুয়ারী ১৯৯৩

# মচাবু ঙাইবা

থেংনরবদি ইচাদো ঋাদে তশ্বিয়ু মমানা
চৎখিবনী ঙরাংদৈ হল্লক্ত্রিবনী হৌজিকফাও
চুরিবা নোংনা হাংদ্রিমথৈ লাকখিগনু হায়বিয়ু
থেংনরবদি ইচাদো ঋাদে তশ্বিয়ু মমানা।

য়েক্ক লানবা পাবদা চোকথরবা ইচানা
লানঙম ফিরাল পুদুনা হল্লকপগী মতমদা
লম্বীনা লম্মাঙনখ্রদি মৈরা মঙাল অমনা
কোম্প্রোং ঋাংমদা ঙাইহৌই লম্মাঙনগনু হায়বিয়ু।

করিগুম্বদা ইচানা মমা ঐবু নিংশীংলক
তিংখঙ তুম্বৌ মরক্তা মীৎশেন খাঙবা অহিংনা
হৌদোরকপা মফমদু চীংনা পল্লোন খারিবা
মমা ঐগী তম্পাক্কি নাউশোন্নগনু হায়বিয়ু।

অখাক অরাউ মরক্তা চুথরিবা নোংজুনা
পুঙলুপ লুপ্পা চোৎলদি শিন্নরকউ খোংজোমদা
ইরেমখাক্কি হায়রকউ তুরেল মাদী য়াইফবী
মপাউ অমা তম্বনি তুংগী চারোল-ঙরোলদা।

লৈবাক খোৎল হিংলিবা ডুক্কী মকোন ওইরবা
নুংশিরবা ইরৈবাক ইরৈবাক্তা কৌবদা
চৎখিবনী ইচাদো হল্লক্ত্রিবনী হৌজিকফাও
লাকখিদরা ঙাইবনি লাক্ত্রিফাওবা ঙাইগনি। ❖

জুন ১৯৯৩

# ফিভমসিদা

কয়া কুইরবনো
শুকহোং হোংদবা নঙগী পাউতাক
লৈমিগ্রৌ হায়রিবা নঙনদি
নুংশিননা ঐখোয় মশেন।

লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা
অওনবতা পামজরিবা
মৈরি'সিনা মহী চেলহল্লবদা
কয়া কুইননো
নঙগী পাউতাক্কা
ফা পুন্দুনা থমগদৌরিবা?

ওইথোকপা য়াবা মওংদা
শেমদে খজিক্তফাউ নঙগী পাউতাক
হাপচিন্দুনা অনৌবা মতাং
অওনবসিগা জুং চান্ননা।

রারবা কান্দা ঐনা কৌরিবা
তাদমাল্লে নোংমতা লাক্তে ইনাক্তা
কনবীগে হায়রদে ঐগী অরাবদৈ
তৈথোকপিরদে
ঐগী লাইবক্তা কারিবা হুম্মাং।

হৌজিকশু —
ঐনা থাজবা থম্মী নঙোন্দা
পুঙলুপ লুপশিন্দুনা
লেঙদবা নঙগী পাউতাক
লৈমিগ্রৌ হায়রিবা ঐখোয় মশেন
লাইরবশু ইনাকখুনবশু

ময়াংশু মৈতৈশু
হাওশু পাঙলশু
নুংশি চান্ন-চিন্ননা।

অমংরোমদা —
মাঙজিল থানিংবনা শাওরবা
য়াঙনা চেল্লিবা থেব
ৱারীনা তূমহনবনি মাবু
লমথুংফম য়ৌখ্রে হান্ননা মাদী
তারে জয়ধ্বনি লাউরকপা
অৱাঙবা দলান মতোনদৈ।

মঙম শানবা গুমদ্রবা
খোঙকাপ তেনবা থেঙ্গুবু
থৌনা হাপ্পিদুনা
মফম কল্লিবা নঙগী পাউতাক
তপ্লা অমশুং চাং নাইবগী
কান্নবা ফংদ্রবা লমজেন্দা
মল্লবা ৱারীসিমক্না
থম্মায়শিন্দুনা ঐবু
অদুম হিংঙু
তাকপিরি নঙনদী।

তাকপিরিবা ৱাহৈদুদা
য়াওরি নঙগীদি নশাগী ইজ্জৎ
লেংজুম পায়রগা ৱাংখৎখিবা
তনান তনানবা নঙগী লৈফম
ধূপকী মনম্না য়োমশিল্লবা
ফিদা ফংঙি মী মরক্তশু।

ঐদি —
লৈফম লৈতে

শক খঙবিদে কনানগু-
চৈনারক্তা অরাম খৌরাংবগী
কপ্ল লাউনরি ইচাশিংনা।
মসিদবু —
ধর্ম্ম মীনুংশি পুশিল্লক্কুনা
পুক্লিং ফাজিল্লু তপথৌ
ঐবু হিংঙু লাউরিবা নঙ

খঙজবা ফৈ নশানা
থোং মান্নশি হায়রবদী
ঐঙোন্দা পীয়ু ঈ
হাৎপা ককপা তূপ্লা ঙস্বগী। ❖

ডিসেম্বর ১৯৯৩

# ঈ তৈরবা ফিরাল

চিংখৎলি নীংতম ফিরাল
ঋাংবা তান্নরকই হেন্না ঋাংবা
থিনগাইদুনা অতিয়াগী মথবাক্
য়োমদুনা পুখৎখিবা লৈরাং চবুন
ঈঙাং পক্না চাইথরি।

লাউই খোঞ্জেল অঙম তান্নবগী
নীংতম্বা নুমিৎনী ঙসিদি;
নমদুনা চীনফা পুহল্লবা ঈশৈ
পোক্তবী মমাদা ইমা কৌবগী
শিথরবা খোঞ্জেল তৌশিন্নবা সুর।

ইমা ভারতকী গণতন্ত্র লনগৈ
কোৎথোকমনবদগী করিশু তাহৈদ্রবা চেঙফু
অমরোমদা, লাইরবা মচাশিংগী হাঙলবা ফিগাউ
মরকসিদা, চিংখৎলি নীংতম ফিরাল। ❖

*নবেম্বর ১৯৯২*

# কলমগী লম্বী

চে-গী যুগনা ময়াই কারক্লবগু
মায়ওন লেপত্রি কলমগী লম্বী

তাইবঙ মীগী কোক্তা তুংশিল্লিবা
জ্ঞানগী লৌশিং অকনবা ইরৈ
মায়কৈ ফাংনা চেন্থরি
কলমগী থাঙহাই অমুক্তা।

থাঙলোন কায়বা থাঙহাইদা
ঈ-না ঈথক হৌই মালেমসি
যাদুগরগী চৈহাই অমদা
মীচঙ খোস্মি কৌরব তেংগোল

ফুজিল্লকই কোনুং তন্না
য়েক্লবদা লান্দাবগুম।

লৈমায়দা তারিবা ঈ খুজোক
কলন্না থকচিল্লি খৌবোম থন্না
অদুগা ওথোকই ইহিং হিংনা
ময়াই কারিবা পাউ-চেগী লাতমদা।

শেস্মি লম্বেল মফাং-মফাং
থরো মারো মায়ওন লেপ্পবা।

চে-গী যুগনা ময়াই কারক্লবগু
মাইওন লেপত্রি কলমগী লম্বী
থাঙদগী হেন্না খৌবা ঙমদ্রি
চঙভুবা য়াদ্রি লানফম কয়া। ❖

জুন ১৯৯৩

# ঐগী লাইধি

ৱা ঙাঙঙু ঐগী লাইধি
জগোয় শাউ নমান্নবা মরক্তা
অনৌবা মৈতৈগী অনৌবা জগোয়
হৈরবশু হৈত্রবশু।

পুংখোলগুম তারি
কাপ্পবগী নৎত্রগা পোকখায়বগী
অয়ুক নুংথিন নুমিদাং
ইরেপ লেপ্তুনা।

তান মান্ন মান্নদবা
জগোয় শাউ নমান্নবা মরক্তা
অনৌবা মৈতৈগী অনৌবা জগোয়
হৈরবশু হৈত্রবশু।

ৱাগনু নঙ ঐগী লাইধি
নত্তে হৌজিক মহৌশাগীদু
পাখৎনিঙাই ওইদে ভাবোক মরক্তা
থক্কৎনিঙাই ওইদে হৌজিক্তি

খোঙথাংগীদমক
খুখেককীদমক
হৈরবশু হৈত্রবশু।

অওনবা কয়া অনৌবা ওইনা
চৎনবী উফমদা হকচিনবা ঙম্বা
ভাবোক্লা ঙাইদুনা লৈরে
মপৈ মপৈ —

উইথগদবগী মীৎস্না
শিঙ্গদবগী পিরাং

নীক-কোল ফিজেৎ লৈতেং
থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ
করিবু কান্নরি ইনাৎকী
ঝিং-ঝাং দোং-দাং মরকসিদা?

ঐগী নুপী ঐগী ইচা
অনক্লেম দেদ বোউী
ওনখিবসিমক ইশা খঙনা
য়ৌরমদাইনি লমথুংফম
লমথাফমগা মান্নবা।

ঝা ঙাঙড়ু ঐগী লাইধি
জগোয় শাউ নমান্নবা মরক্তা
অনৌবা মৈতৈগী অনৌবা জগোয়
হৈরবশু হৈত্রবশু। ❖

*ডিশেম্বর ১৯৯৩*

# নেতা অমসুং দিল্লী

বায়ুম্না খাংঙি মশা থক-থক নীক্লা
নোংলৈ-নুংশিংনা নমজা নমথেক্লকরকপদা
নঙনা চেল্লি মাবু থাদোক্নুনা
নশা কঞ্জনবা নোং-নুংশিত্তগী।

চেকয়ুমগী থোংগাল
কন্না থীন্নুই হাংদোকপিনবা
হুইজাউশিংনা খোংঙি ঙংঙি
য়োংকী পৌরোল মনাক্তা
চপ লেপ্পি নঙনা পাখংলি
চঙশিল্লকই শুং-শুং নম্মি তেথখি
মীতোপ ওইরবশু তোয়না লাক্লবনিনা।

অশিবা খোঙ্গেলদা —
শক তাকচৈ নশানা
ঐ মীদুনি নঙগী লৌতাঙশঙ ঙাকপা
মতমদুদা —
য়াথং ফংঙি চঙলক্লবা।

নোং নেমদ্রিফাও য়ারেক্নুনা লৈথোকই
নঙনা নুংশিংপু কিবদু উবদা
লাইব্রা তাকপীরকই মানা
নঙনা চিনফা পূরগা হল্লকই।

মবুক থম্দ্রবা অঙাংগুম
নোং খাকই খোংঙি
নুংশিংনা বায়ুমদু ফৈনা-য়ুংনা ইল্লি

শাইজিন শয়া য়েংলগা হঙ্গংনা

লাইব্রা কাপ্মি নঙনা
নহনফমদা হল্লো, নতেফমদা তেরো
গুরুগী য়াথংনি হল্লো উম-গু
তারবগুম নোংলৈনা ফন চোংথোরকই
নেতা ওইনা ইরৈবাক ঙাক্কবা
মীরোৎকী ফিজোল হোংদোক্লগা
আইন্না য়াদবা। ❖

ফেব্রুয়ারী ১৯৯৩

# পুন্সি মহিং

সিফায়গী মাঙদা থাঙ্গৎলিবা খুৎ
মিহুলনা —
লোইরমদাই থাধলগী অথুবা তানগুম
তানয়ৈ কুণ্ডশিল্লকপদা
ইথক থক্কৎলি
করিগুম্বা খর থোকখ্রবগুম
মিপায়বা স্বরনা মাঙজিল থারি
ইথম্ভা হংলি
করি থোকখ্রবগে?

পাউখুম ওইরি ঐ
অমুক্তা উখিদ্রিবা শা-মখল
মাগী মীৎয়েংদা।

তুকথল্লি
মখুৎ চল্লবা বন্দীগুম
ঐগী থম্মোয়
চম্মমনরি।

য়েক্রবা নত্তে মাদী ঐগী
অদুবু মাগী ৱাঙাঙ শাজৎ
মৈ ইক্রবা ঙারেংজৈনী
মালেমগী কাচিন কোয়া
তুশোন্নববু
য়াইফৌ থানবগী।

খুৎলাইগী নাপলনা ময়াই কারিবা
চিক্রগনবা হুইজাউগুম মশোং কাঙনা
ঙংদুনা হাইজিলকইবা খোঙফম চেৎনা

হিকথরি —
লাইরবগী মঙ্গুন্নরবা হাউফি
জবৌ জবৌরবা খদাংগী কোই
করিগুম্বদা
মথোক কারকপী কুমারীগী
শেংলি ইল্লিবা চরৈ নমখাং।

মসিরা —
হিংলিবা পুন্সিনা
থেংনরিবা নোংলৈ নুংশিৎ লম্মখাওদা
কিশিগী দাগফম্রা চগুংননা
হাকথং থংবিরিবা
ইনিল য়াওদ্রবা পুন্সি কয়াদা। ❖

*ডিসেম্বর ১৯৯৩*

# নুংশিবগী হৌনশা

ইকাইবা খঙমনদ্রে নুমিৎ-থা
মফি মরোল য়াওদে অমত্তা
লেং থৈনরি অতিয়া লম্বীদা
অমনা অমবু খঙ্গিন্দুনা
চিন্নোক্করি মখোয় অনী
উররোই খঙ্গবা মখোয়নদি।

হৌনব্রা খঙদে অউবা ঐখোয়না
করিবু তমনিংঙাই লৈরি মখোয়দৈ।

অপাম্বদা ঙাউজবী থাজগী মায়খোঙ
তথক তথকপা মাগী মতৌ
হম্পোক্তুনা লৈতেং চাইথাইদুনা মালেমদা
কোরৌনা চৎখিবা লম্বীদুমক নুংথিন্দা
তান্নদুনা খোঙ্গুল লী অহীংদা।

পাবানরবা লৈচিনগী ইন্নফি অমতং
খুদোল তমজে শরৎকী অহীংনা
মদুশু, মখোঙ খঙদে ইনবগী
কায়নবদা খোয়রাঙজরিবা
নুংশিবগী হৌনশা। ✤

মার্চ ১৯৯৩

# কিউগী পরেং

চাকথুং ফংদ্রবা মী মখল মখল
লৈতেং ওইরি
কিউগী পরেংদা।

পালিগী কুয়াংবান মরক্তা
চীনবানশিংনা গাইগুমদবগী
য়ারৌই লাগুতক্কনা।

অপীবশু অরৌবশু
তিংথোকই খুৎ
তেন্না নৎত্রগা শাংনা

খয়না লাম্বা ফংদ্রিবা
কিউগী পরেং য়াৎলিবা
মতেং পাংশিল্লি
শেনমীৎ উবা ফৌমায় চাবীনা।

মায়োক্তা গাগু-শক্কম্বা
শীংনবগী খুদোনবী
ফংবু ফংগ্রবদী চাকথুং
মমীৎ তাগখি, মনা পগখি।

মখোয় চৎখি
থনম্রগা পেম্দবা কয়া
মথংগী অয়ুক্তা
কিউগী পরেং শেন্নবা।

অগুন্না —
সহরসিদা লৈরিবা মী মখল মখল

চাকথুং ফিথুংঙবা ঙাক
কিউগী পরেংদা




শাংদোকইবা লোইনাইংনা
মকোক মথং মমৈ
মমৈ মকোক মথং
মমৈদা মমৈ
তারক্রবদা অশুম অশুম
খরনা মীচঙ খোম্মী
খোনশি চঙবা খোল্লাউদা
কিউগী পালি উরগা
অঙাঙবা মৈতান নেৎ-নেত্তুনা
মৈ ইক্রবা ফুরিংখাউদা
শীংনবগী খুদোম্বী লোৎলদুনা। ❖

*ডিশেম্বর ১৯৯৩*

## মথি ফোংঙি ঋাথোক

মখোয় খরতগী লনাই ঋারীনা
চাকথুং মৎলগা লৈবাক্কী
কোকখুম-ফিগুম অনৌবী মৌগী
ঙৈহাক লৈত চিংখৎন্দুনা

মীয়াম মাঙদা

লৈবাক মচা তানা
হিংজরকই মতম শাংনা,

হাংলি হেক হেক [illegible]
চরম মেৎতুনা
ফৈজৈ চিংদুনা
ককথৎলি তুবৎ তুবৎ
হুঞ্জিল্লি ঈ-পক্লবা
ঋারীগী তোংশা মচেং মচেং
থেঙনা লৈপুং-ফম্বা [illegible]

অদুবু শিদে ঋারীদু
থব্রায় মশীং য়াম্বনিনা
(থব্রায় মঙানি থাজনৈ।)

ফিজীন চিংথোক্লুনা
ফিনা নেত্তুনা
শরাক তম্মী অতাবা কাণ্ডবুশু
নৈহৎপা য়াওই মকম্থী থোক্লা।

ফি থোংদ্রবা ঋারী
কোংগোক কোক্লা ফম্মী, মচী লেঙদে
য়ুহন লাক্লবা য়ুথকপা অমগুম
নিংগা বন্দগী অকোয়বদা

লেঙঙক খুদিং কাওশিল্লি
থজিন্দা, পুকনোঙ্গা, মায়দা-মীত্তা
য়াউরুবৈদমক পাটিদুদা
পাইহনবৌদনক য়ু সম্মেগী ফিরাল।

মফোল থোক্লবা ঙরী
শিংকুপ শানা
কোইপাই পাই
চাদই
মায়বে শনাই থরদনা নাইদে -
সংখ্রদও -
পোরক চুক্লক্ত।

নোংথি নোংমংখা লিং
মোংশিল্লি
তাঙ্খৈমিংদুনা
অশিনা চেনা পাইদো।

লমচং কাঙ্গী চৈরাংনা
থাগী খোংচং খমলকখৈঙে
ইঙ্জং য়েংনা খুংলাহোকখি
চীংগু মাগী অওংবুল
ঈরাংগী অউন নাই ওইনা
মখোয় থরতগী লনাই য়ারীদা।

মথি ফোংঙী কালেন তেম্পাক্লুম
শউম চাউনা
পুল্লপ য়াওশিনখিবগী
ঈথক চৌরু
মচেং পীথোকখিবগী। ❖

জুন ১৯৯৩

# থাগী তোলোব

নোং চুরবগু নুংশাবু শারবগু
তোলোব লৌবদি শোয়বা য়াদে
তোলোবনা থাকইবনী ঐখোয়গী চখাউ।
মীগী পোৎয়েং চৈয়েং
অঙাংগী মফি মরোল
নুপীগী লৈতেং সনা
লৈনবা য়ুম তোংনবা গাড়ী
পুন্নমক —
তোলোবনা ঔরাইরিবা পরানি।
থবায়না চৎখিনি হান্না
তোলোবনা কোলহৌনি কোন্না
থাকপিহৌনি য়ুমগী নুপী
নাউথেমগনি শেৎ-চাবা
মনিঙ থুংজদ্রবা অঙাংশিং।

ছুটিদগু ফংই তোলোব
কাদ্রবগু ফংই তোলোব
শিদয়াইনি নাদয়াইনি
অহীং তৃমদে থাগী তোলোব।

মীনা তোলোব চাগদবগী হোৎনৈ
তোলোবনা মীবু চাশিল্লকই
শায়দৎলি লূ-তোং অহিংবা মীগী। ❖

জুন ১৯৯৩

# থাজবা মাঙখি

কিলো নুংগী অরাম্বনা
শেন্নফাল্লাগী নাকল অমদা
কাথত্তুনা ফমফম কল্লি
থাজবা থম্মী মদুদা
অরৈবা মীপুম খুদিংমক।

কাটানা লৈথক-লৈখা য়েংদুনা
পুংয়ান চানা লেপত্রিফাওবা
কোংথোকই নংত্রগা হাপচিল্লি।
নীংতম্বা অমা অয়োনবগী
থাজবা থম্মী মদুদা।

অরৈবা অমসুং অয়োনবা
চীন অনীগী মরক্তা
মমলনা ইপোম হৌরি
ব্রাংখংপা অমসুং নেমথবগী
হৌজিক্তি —
থাজবা মাঙখ্রে অনীমক। ✤

মার্চ ১৯৯৩

# খোয়জিখাদা মণিপুর

অকোয়বগী চীংশাং পরেংদা
থেক্লা খোয়বা লম্বীনা
খোয়রীন লিনশাং ওই
নঙদী হিংলি হে মণিপুর
শিয়োম্নুংদা ইমা ভারতকী।

ঈহৌরকপনি পামজবা দাবী নীংতম্বগী
শারেপ ফারকপা মীহুলগী হৌনশা
তোখাই তানিংবগী
কোইওৎ ওৎনা চোং ফল্লি

পীরি —
নাউয়েক চৈথেং ইমাদা।

পীবুক্লুংদা লৈরিবা অঙাং নাব্বাগী
পামজনা শান্নবা লীলাদা নীংতম্বগী
চৈনা খাঙবী ইমানা

তুংখৎচৈ —
থাবুম তরা নুংশিবগী পিরাং
চেৎ-জেৎনা থম্মোয় লাইয়ুমদা

ঙংজরক্লবা নুংফাউননা
থম্মোয় শোকপা সুর অমা
থাবুম তরা নাউপুরকপী
পলেম ইমা হায়না মালেমদা। ❖

*সেপ্তেম্বর ১৯৯২*

# হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা

টিফিন অনীখক অঙাং অনীগী
য়েন্নদুনা চামিন্নে লম্পাক্তা
অমগী মথেন অমনা লৌই
অমগী শরুক অমদা হাপ্লি
হরাউ হরাউ
পুক্লিং মকা লান্না
মহাউ তংঙি হিংমিন্নবগী নুংঙাইবা।

মচু মান্নদবা গুলাব অনী
পাম্বী অমত্তদা শাংলি
মোমোন নোকই
হাই হুম্মি জগোয় শাই
মালংগী তাহ্মাদা।

মখোয়না উই
মখল মখলগী ঙাশিংনা
ঙায়োক পুখ্রি অমতদা
লৈমিন্নবদু হরাউ হরাউ।

অমুক ইরুপমিন্নবা
অমুক ইরোইমিন্নবা

অমুক চোইথোক্লখিবা
লৈতুমগী
শাউমদা অকি অখঙ
পুনশিন্নরকই ঙা-শিংদু
পুল্লপ অমতা ওইনা।

হরাউনা নোকই মখোয় অনী
চোংঙি ফল্লি লেংগোন্নে
মথুং হাই ঙাশিংদা
অৱাবদা পাংদিং মান্নবা

মতৌদু উবদা।

শঙ্গু ওইনা পুন্না
য়াউগা হামেংগা
শজিক চারি হিদান্নবগুম

খোয়জগুনা য়েংঙি
পিগী ঈয়া চেল্লি হরাউনা
উজবা ফংবদা
হিংমিন্নবগী অয়ৌবী থাক।

চীংদোন তন্না কারে ৱাখন
শঙ্গু শঙ্গু পাইরিবা উচেক্লা
লোক তন্না পাইথখি
চোইথোকখিদে অমফাউ

খজিক খরাক নত্তে খল্লি
তাখি মখোয়গী থম্মোয়দা
মক্রুবা মমি পুল্লপ ওইবগী।

মতৌ তমদুনা থাগী
মতৌ তমদুনা নুমিৎকী
মান্নদবা লিচৎ অনীখক
ওইহল্লি নোংমা
পুনশিল্লি মতমগী খয়োমদা।

চিংখৎলকই মখোয়না
অশংবা অমসুং অঙাংবা
মখোয় মখোয়গী ফিরাল
চৈথোক অমতদা
অদুগা শক্লকই
অপুনবা ঈশৈ
চীনগা খুৎকা মান্নবগী। ❖

ফেব্রুয়ারী ১৯৯৩

# শকখঙবিদ্রবা থরায়শিং

চঙশীল্লু
চঙশীল্লু লানমী।
য়াথংগী ময়াইনা ঙাওরবা
লানমী তেঙ্গোল
মতীং ফুদোকই
শিরগা শি চঙলগা চঙ
নোংমৈ মরক্তা থাঙ
হোৎচিনখি য়েক্লবশিংদা।
মাঙজিল থাবা
মখোয়গী থৌনা
য়েকখি —
মতমগী তুরি পায়বশিংনা
খদাংচেৎ লাকপা
অমুবা মচুগী নোংদুম ওইনা।
থৌজীনবা কনবা —
লুচিংবা অদুতং
ময়েক শেংনা, থৌনা ফনা
উহল্লগা নুমিৎ ওইনা।

অমুবা নোংদুম ওনখ্রবা
মায়থীখ্রবা লানমীশিং
জয় ওইরবদশু —
মমি শামখি
অদুম লৈখি অমম্বদা
শকখঙবিদ্রবা লানমী ওইনা
কনাগী মচা
কনাগী মনাও
কনাশু থিরুদে।

চঙি খুদিংগী লেপখৎলকই
মাঙজীল থারকই
লুচিংবদুদি
ফিরাল চিংখৎপশিংনা
ফিরাল চিংখৎপদা
শক শোনবদা
শৈথারকপদা।

মমাঙ চৎখৎলকই
মচা মগুশিংনা
ফমফম কনগদবগী
মপা মপুগী খুভম
লোয়নদুনা
লেমজবা মীনোক
মকা লাম্বগী।

কাউথোকই মখোয়না
মোংফম লৈত্রবা
ঈগী ফিরাংজি 'থক্তা
অরোইবা য়াহিপ তানথ্রবা
শক খঙবিদ্রবা লানমীগী
থব্বায়শিং। ❖

অগষ্ট ১৯৯৩

# চৈনাখোল

মখোল থোক্তবা চৈনা অমা
লোৎশিন্দুনা থমখি কদায়দনোমা
থাঙ থারিবা অনাবদুগী।

মচীন হংবদা শুকখুম খুমদবী
নুপী অমগী মরন্নাই ব্লাখলগুম
মচেক য়েনা লাঙ্গোই চনখি
চৈনাখোলদু ঙৈহাক্তংগী ওইনা
ফাঞ্জিন্দুনা থমখি কদায়দনোমা।

নমহৎখি —
হৌনা পোকখায়খিবা খোঞ্জেলনা
অশোকপা অদুগী নাহেখোল
চীকমাঙনখি মীয়াম শঙ্গু
খোঙ লোনখি কোক্কী ব্লাখল।

মখোল থোক্তবা চৈনাদু
হন্নক্লরোই হায়বগী পুক্লীং লৈতাবা
শুকনীং নিংশীংদনা তুমখুন তানবদি
নত্তে অনাবসি পুংফ ফরবা।

হোরেন নৎত্রগা হৌজিকশু
ঈনোৎ অমনা হেক্তা
লাকশিনখিবা য়ারি
পীক্লবা ব্লাখনগী পান্দোংশিং
মতম পুম্বগী ওইনা।

লোক্লকখিবা য়ারি চোইরোল
মঙলান্দশু তাইবঙদশু

# চেখুম

মনম নুংশিবা মশল্ ফজবা
কুরাংবাস্তগী ওইবা মহুমনি।

পুন্সিবু য়োমশিল্লিবা হে চেখুম
কনাদনো নওনা উৎলিবা
শুমহৎয়াইগী শক্তম
অপাইবা লৈচিনগুম
চৎলিবা মীয়ামসিদা?

করি পাউনো তন্নিবা
লোন্না ফোংনা মীৎচানরদুনা?

হূ-মক ওইরবশু
মমল কাহল্লি নওনা
সৈত্য শোল্লদুনা অশেং'মক্কী

মহাও তঙনিংবনা
ঙাওরবা তাইবঙদা।

মচুগী চেখুম শকহেনবী
শাবান্দা নওগী
ঈথক হৌরি মীয়াম্না

খঙদে উদে কনাদী
খুরক্কী ঈনা লাই শাবশু
তিনশিনখ্রি ঈথক অসিদা।

মপান্দনা জপান মনুংদনা ইন্দিয়া
হকচাংদুনা কংলৈপাক থম্মোয়দুনা মণিপুর

য়ানশিন্নবা মচুগী
চেখুন্না ঈথক হৌরিবা।

অমানবদু মান্নবা য়েকশিনবদা হালেংদবা
মরীচগী থগ্গায়না
পীক্লবা ইরৈবাক

ইংখোননুংসিদা শান্নরি
হরাউ মথোই কানরি
নুমিদাংগ্বাইগী কৈথেন্দা
কৈথেনগী মচী অমদা। ❖

জনুয়ারী ১৯৯৩

# বজেট মীফম

য়েন্নবা থুংদ্রবা কৈথেন ওম্মোক
পাক লাকই মচাশিংনা
মুম্লে লিন্দা ফুদোক্লদুনা
অঙম অঙম্বা
মশামক্কী মমাঙদা
য়ুমগী শুমাঙ মক্কদা।
          চারোই কৌবতা হায়দবা
          মথীবোং লাওবা মচাশিং
          কপ্লে লাউনৈ
          ফংহৌররোই মতাঙুম
                    মশম ফোয়রি মচনগী
                    মনা লাম্মী মবুংগী
                    মচীন থীনৈ
                    অমনা অমদা ওনশিন্দুনা।
          অশুন্না
          লানজাও হৌই খুদক্তা
          বজেট মীফমগী মাঙওইননা
          চাকথুং হেন্না লৌনিংবশিং।
শিনতারে —
মমানা মথবাক য়ৈ
ব্রাজৈ মরন্নাই ওইনা
মপানা নোকই গতি লৈতদুনা।
          খামদোকপিরি
          য়োংগী তল খুয়েন্দা
          তুমথখি
          নীংবা কায়রবা মচাশিং
          ঙাইহৌই
          অনৌবা বজেট মীফম। ❖

সেপ্তেম্বর ১৯৯৩

# মপু-মনাই

ওনশিন্দুনা চিক্কে তৌরুই
খোয়দৌ থিংনা শাউরদুনা
মমীং লংখৎলদুনা
ময়া খিগৎলদুনা
চোংশিল্লকই মপু তন্না
অরোইবা থৌনা পুথোক্লগা
চরান্নরবা হুইজাউদুনা
চিকপা ঙমদে হুইগং থাংবনিনা।
ঙম্নক্লবদা নাম্লোকখিনবা হোৎনৈ
চাকলেম ফিরেমগী নুংঙাইবদু
নাম্লোকপা ঙমদে থৌরী পুনবনিনা
চিংঙি কোইচিং চিংঙি
চিংনিংবা মায়কৈদা
মপুনা।

শারং মনুংগী অথাকপা মীনাই
নিয়মগী চিনবুল মরক্তা
পুৎথরকই অরেঙ খুদিংগী
কপ্লি থরায় শোক্লা
করিনুংগীনো
অদুক পামজরুবা মীনাই মপোক।

চহি কয়া ফুমদুনা লৈরিবা
পাঙ্গল থোক্তবা অরোইবা থৌনা
মুন্না খঙই মীনাই শাগৈদে ওইরকপা মপুদুনা
হৈদোরকই —
লুখাক চঙুম, মরূ ময়াঙ
করিগুম্বদনা
থয়াত্তগী পাথোরকপা

পোপ্লি পোপ্লিবা অরেম অপা
থুংদ নমদা
হৈদোরকপা খরদু
ঙৈহাক্তুংদী
তকশিল্লি য়ারি য়াখোঙ থুন্না
স্বর চনিঙ চমাঙ তাদমখৈ
কাউথোকই মীনাইগী রাখল
অচানবা মনাইগুম
মমৈ হাইরদুনা মমীৎ উইথরদুনা
চুক্তি তৌনৈ মপুগা।

মরম চাবশু চাদবশু
তাল্লগা হেক্তা পীদে দাবী
শোইরোম্বা রানা খুনিঙ কাঙ
হৈরোন মরেপ য়ৌরগা
য়ানবা পুরকই
চুংশিন্নদুনা মপু-মনাই। ❖

*এপ্রিল ১৯৯৩*

# শান্তি পাউজেল

শান্তি পাউজেল পীনবা হোৎনৈ
কাম্মি পঙকামতা কাম্মি
মীৎ উইশিন্দুনা
অমুক হন্দোক্লুনা
অমুক হঞ্জিন্দুনা
য়েৎনা-ওয়না
মায়কৈ হোং-হোংদুনা কাম্মি

চাকইদি খঙবা অশেংবা মৈ
উৎ মরক্তা রাম্মৈগী।

নমথিবা মনম
স্বর হোনবদা রাবা
লোয়ননা মৈরি থোক্তবা মৈশা
ফাওই তাইবঙ হকচাংদা

উৎ ওন্নবা তাম্মিশিংনা
পাইথোকই কপ লাউদুনা
ইতে তৈশিল্লি
চেজেৎ কোনশিল্লি
মখোয়গীদমক খনবীবা শংদ্রবা
মীৎ-মায়দা, কোক্তা।

গতি লৈতে হন্দোকই থাপ্লা
মা-দুনা য়েংঙি খুৎনা
মৈশা থেংনৈ
মৈ লৈরম্বগী ইনিন
খুদম ফংঙি ইশেং শেংনা

মতমসিদা
মতমসিদা খণ্ডি
চোকথবা ফাওই
কন্না কাম্বগী অব্রাবা

নে-তাবা ব্রাখল অমনা
তপ্পা ইরেন্না খল্লকই
কাম্মিবসি চাকনবরা নংত্রগা মুংথংনবরা? ❖

অক্টোবর ১৯৯৩

## মৈতৈ

(চাবা অমসুং শিবা)

তরা চাগদবা মফমদা
কুনগীদমক শেম শারগা
পেঞ্জরিবা য়ুম্বুনি
উৎসব অমা মৈতৈগী।

ফনা চানিংবমক লৈরগু
চাকলুক্তা খর লেমহনবা
চৎনরকই থায়নদগী
হৈনবী অমা মৈতৈগী।

খাবা-থুম্বা খরদং
হান্না মহাউ তংথোকপা
মাংঙি হায়না তৌনদে
য়াম্না ইকায়নৈ মৈতৈদী।

তৌহৈদেবু হায়রপি
চঙ-তাবা লফোই লফাং
থিরগা কৎলি লাইদা
শিনিংদবা মৈতৈনা।

হৈরম তরেৎ লৈরম তরেৎ
কবোক নাচল তরেৎ
তরেৎনা খুজিং ওইদুনা
খয়োম লাকই
চঙ থোকপা থবান্দা
শিনিংদবা মৈতৈনা।

হৈরুক তাঙ্গ পানা তাঙ্গা

লাইনিংথৌদা
মনানা লারে কোল্লগা
মপুম কৎলি ব্বা
ব্বা থোক্তবা লম 'সিনা।

চহি চহিগী
ইমুংগী অরা অনা, দশা লাংফম
উশিন শিন্দোকই মৈতৈ ঙমুদা
শিনিংদবা মৈতৈনা। ❖

*ডিশেম্বর ১৯৯২*

# অরাঙফম

ময়েক চত্তবা কাঙবুগীদমক
ময়েক চৎলবশিংদুনা —

থবক ফংদ্রিবা নহারোলগীদমক
থবক ফংলবশিংদুনা —

শোশ্বনা লৈরবা কাঙবুগীদমক
থাক হ্মাংলবশিংদুনা —

থৌশিন কয়া শেম্মি
লানখৎলি অথেনপোৎ অমগুম
য়াখুল তাদনা ঈ-চুপ্পবগীদমক
মথোই কারবা খুৎ তম্রা।

কাইথোকই য়াম্র-য়াম্রবা শেনফম
লিশাং শিৎনা চশ্বরিবা
নোংজু নিংথম কালেন
খুরক হাঙদবা মীফমনা
চহি মঙা মঙাগী থৌরাংদা।

থৌশিল মপু অরাঙফমগী
চোন্দা চোনবা ফুরিৎখাউনা
খুদি থীর থীরগা —
খোঙফম চেৎপা হেনগৎখি।

হৈজ্রাং কাটি ফোংনা পায়
থোরকপদা অরাঙফম্রা
থেংনৈ লম্বীগী চাকনিবগুম

ময়েক চক্ত্ববা কাঙবুশিং
থবক থিরিবা নহারোলশিং
শোখনা লৈরবা কাঙলুপশিং

নিরকই মখোয়না
ঈ-খুজোক অমতং
হিংমিন্নবগী অপাম্বদ্ উৎলদুনা। ❖

*ডিসেম্বর ১৯৯৩*

# হোটেলদী অদুম হিংলি

থৌদা কনবা হোটেলগী গ্লাসশিংনা
পামজৈ চিনচুপ্পবা লৈশাবীগা
তৌথোরকই
মোৎশিনবগা চাইখায়বগা চিখহৌবগা
তাঞ্জা ঙাইনৈ হানবা তাগ্রে
মীৎশিং নাশিংহল্লি হোটেল মপুদু
তম্বী খোম্দা থীবা

মখোয় ময়ামগী শরৈদা
ম্নাবনা তপ তারবা ঐজ্ঞা দাউজী
নোংখাঙ চাইরবা য়ুম্বী
হিকথরি বাক্সি মথক্তা
হোটেলদী অদুম হিংলি

কুইরবা ভুংদা নোংমা
নুংথিন পোবোপ্তা
অচিকপগী মনাই থিরকপা
দাগফম খমদ্রবা মতৈ-মনাউ
ফাওরকই হোটেলদা চা থকপা

পাইশিল্লকই হয়িং খরা
মশানা মশাবু মশানী তাকচবা
চাউশেন শেন্নরকই মখোয়বু
নোংথাঙ কুপ্লকই ঙহাক্তুদা
নুংশিৎ শিৎলকই উরু-উরু

খুৎপায়ফম ঙাংজেংনরবা
খুনাং চারবা
থৌদা কনবা গ্লাসশিংনা

নোকই পঙনোক্তা
লাঙজি হোটেল মনুংদা
করি খল্লুরবনো
মতৈ-মনাউদুবু। ❖

জুলায় ১৯৯৪

# নিংথমথা

শামতু কম্বলনা আলমিরাহ্ মনুংদা
ঙাইহিরি খৌরাংনা নিংথমথা লাকপা।
অশাবা নুংশাস্বর ফুয়না হোন্দুনা
লমন খুন্নিংবগী —
ঈখেং তারবা মমীৎনা
মীচং ওইদুনা ইনাকখুনবগী।
ভুং ভুং চাক্লিবা মৈফুগী নাক্তদি
লাক্তে নিংথমথা শুকলাক লাক্তে
কিদুনা লেপ্লদে নোংমতশু।

চৎখি চুমদ্রিং খুনয়া তান্না
হোৎচিনখি চেকখায়রবা ফক্লাংগী শীংখোঙদা
লোৎফম থিরুই নিংথমথানা
য়াঙলেন্দা উনগী নম্বো থারদুনা
য়ৌরক্লে তাকলুই তুমিন্না।

মনাক্তদি চত্তে ঙাইহৌরিবা মখোয়গী
নৈশিন্দুনা নৈ লাইরবগী নাক্তা
য়াওন্নদুনা অহিং চুপ্পা
ফি থোংদ্রবা লাইরবগী উনশাবু
ওম্বোকপিরি চাংয়েং খুৎলায়
অইং-অশা ওন্নবগী। ❖

মার্চ ১৯৯৩

# থৱায়গীদমক

কন্থরকপদা —
নোংমগী চরা শাজৈনা
খুবাক্তা, খুমিত্তা, নময়াংদা
চেম্ব্রোরকই নুমিৎকী মমাং থানা
থৌদোকই রিক্রো
খুবাক ময়ি মুৎখ্রবা নিপা
মনীং হুৎ-হুৎ লৈদুনা,
অয়াকপা নুংশাদা
খোংফম খুদিং খুদি থী
কোমকুৎকী কোমকুৎ মক্তা
কংকৃক চাইরবা কোইলাস মথক
কদ্রক-কদ্রক, কদ্রক-কদ্রক

কোবী বোরা ময়োম ময়োম
উইরগা চৎলি হনুবীনা
রিক্রো মথক্তা
অশিবা থৱায়বু
মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জরদুনা।

মাণ্ডদা থৌজিল্লকই টাটা গাড়ী
তুংদৈ হেনগৎখি মারুতি কার
হোরোন খোংঙি নাক-য়েৎ
লাউহৎলম্মী চৈহৎলম্মী মাবুতা

থৱায় চোংথোকই রিক্রো থৌবদা
থৱায় তাহৌই রিক্রো তোংবদা
য়ৌরবদা লমথুংফম
খৎনরকই মখোয় অনী
য়াম্মী য়ামদে থৱায়গীদমক্। ❖

*ফেব্রুয়ারী ১৯৯৩*

# শুমাং লীলাঃ

## লাইফ টেলিকাষ্ট

চফু শৌগৎপগী মখোলগা
লীলা হৌবগী লাঙবগা
ফাংজিন্নরকপদা —
জ্ঞান তাবদু লৈরমদে মনাক্তা
য়ুবু হিদাকনি খঞ্জবা মপুরোইবনি।
পুক্কিং লৈতাদে যমুনা
মনমদা মচা হুনগৎলি
লীলানা মাবু —
চাকখুমদগী চিংথোকখি।

লম্বীগী নাকন্দা
মতাই ওইরপ্পা লীলাগী
পোৎফম অমগী পোৎয়োনবী
লুকমায় অমগী অথেনপোৎ
নিশা শান্নরি মপুরোইবা ;

হন্না য়েংলমদে
হুৎ লৈশিনখি
মীয়াম মরক্তা।

লীলানা নকশিল্লকই
হেন্না চঙশিল্লকই মীৎমাঙদা মাগী
উৎথোরকই ময়েক শেংনা
চুং ফিরান চানা
য়ান্না মনাম তানাঃ

হিদাক মপী ওল্লবা
য়ু ঙাউবা মপুরোইবনা

পোৎফম ফম্বী নয়নীদা
ক্না মতপ অমগীদমক
ব্বাচোয় মঙা তরা
ভারা চাবা মহাজনগুম;
অদুদৈ চুরুপ মচৈ অমঃ
মতৌ তন্নিংবশিংনা তমজহৌনবা
অকনবা এক্তিং —
লোইরম লোইফাত্রিঙৈদা
হুনজিল্লকখিবা য়াংখৈ চৎপী
মীৎয়েং ফল্লপ নয়নীদা;
হন্নিংঙাই লৈতে
লাম্নোকই খুৎ
মীয়াম ব্বা নোকই।
হৌজিক্তা জ্ঞান তারকই যমুনা
তাইবঙপান লাকই
মাঙোন্দদি লীলাসি লীলা ওইদে
অমানবা অমসুং মান্দবা খনবগী।
'ইতৈমা — কয়ারক হন্না হায়রবনী
তাদসি খরা ব্বারক্তবা য়াদ্রে'
স্বাই লাউই নোংমৈ মখোন তাবদা!
শুমাং লীলা
লাইফ টেলিকাষ্ট হায়বদু
উরিসিমক য়েংলিদুরা
য়েংলিসিমক উরিদুরা পোৎফম নাকচিদা?
হায়বা ইন্দবা মরূনা নয়নীদা পানখি!
নুংঙাইজবা অমদি ফাউই যমুনা
মমিনা লৈরম্বদা অশেংবা মশক
মচা শেগাদা ওম্বৈজে
হন্না হন্না চুপচৈ। ❖

*মে ১৯৯৪*

# মনম

মৈতৈ লৈকায় খুদিংদা
নুমিদাংৱাইগী নুংশিংকা
শাগোন্নদুনা হিংলকই
ফাবৌ ঙারী লৌবগী
য়াক্রা হৈনরবা মনম।

মনম লোকপা হৈরবা
লম্রানবা মীরমগী নাতোন
নকশিনগে হোৎনবা খুদিং
লাপথোকখি মনমদুনা
খাগৎখি ৱাংলবা চেকপল
হন্থবা মীৎয়েংগী।

নাচুংদবা অহীংগী অমম্বদা
মেনশিল্লবা নাতোনশিংনা
খুর্জি পায়শিল্লকই
মনমগী কারবার
খুরুপ থারকই লৈরক কোনশাং

খুনাম তাহল্লি
হেন্না ফাওহল্লি
খৌরাংবা মনম
পামজবা কাঙবুদা।

অমগী চখাউদা অরাম্বা খৌরাংবা
অমদনা ওগে তৌরিবা হঙ্গোইবা

হে মনম পুরবা নুমিদাংৱাইগী নুংশিৎ
নঙনশু খায়রি জাৎ-বিজাৎ

শারেপ তম্মি —
মীহুৎথোঙ অমদগী মীহুৎথোঙ
শম্বল অমদগী শম্বল
উখোঙ ম্রাখোঙ লীংথোক্লুনা

লৌশিং লৈত্রিবা অঙাংনা
মফি শেত্তে ইকাইদগুম
কোয়চেন চেন্না শান্নরুরগা
হঞ্জিল্লকই —

য়াইফঁবা মৈতৈ ইমুংদা
ইংলিশ খবর মপৈ মরক্তা
শাড়ী শেংপীগী খুজিন মচুদা।

সুট-টাইগী অহোবা কারক কাচিন
থি থিদুনা
চেজেং কোনশিল্লি
নুমিদাংম্রাইগী নুংশিৎনা। ❖

জুলাই ১৯৯৩

# খুঙ্গং অমসুং খুঞ্জা

ভোং কাংেদ চাউথোই
লৈরে ইম্ফালদা
মাগী ইমুং মনুংগু
য়াওরে সরকার শেম্বা

অপঙবা হিঙ্গোল শম্বল
নোংখাঙ চাইরবা শঙ্গোয়
লোন্দিন্নহৌই খুঞ্জাশিংগা
খঙই হায়দে নোংমতা
খঙনিংবশিংদো খুঞ্জাশিংনা।

ফিরাল কয়া ফুকখি মীগী
ফিরাল কয়া য়ুংখি মাগী
শিরগে চঙনা হোৎনখি
মীহুৎ শিন্ন থাদখি ভোং
অদুক হ্রাবা
অদুক শাথিবা
অদুক শোংখিবা দুকান্দে

তূমথখি মীংকপ অমা
মায়পাকপগী ফিরাল মরুমদা।

নোংঙাল্লে
মরৈকায়দা মাগী মার্কানা
তৌবিমল খঙদবা ওইনা
খুমু শাংনা ইস্ত্রোরকই
চা হোটেলগী ফক্লাংদা।

মরোন থোক্তবা পুক্রিং

মরোন লোল্লকই
খুলগী অহল
খুলগী নহা
খুলগী মৌ
খুলগী লৈশাবী

ন্নারৌনরকই —

পীদ্রবদী ন্নাকৎ-চে
উদে হায়ব্রা
লৌকোনসিনা ঈশিং থুম্বসি
য়াওরমদবরা মহাকপু
লৌখোং তৌবদশু
ঈশিং থিংবদশু ?

চৎলমদবরা লম্বীসিদা
হন্নাই শেন্দল মতৎ অমগা
য়েল্লমদবরা মীপুম তিংনা বেড়ী
চল্লমদবরা মাবু
অন্নায়বা মৈ ?

চৎখ্রে মাদী
ওইখ্রে মন্ত্রী
থাদোক্রমলে খুঙ্গং
কাউরে ন্নাশক
য়াওরদ্রে অমুক।

য়োৎপাক থাওজৌ পায়দুনা
কায়রিবা লৌনম্বাল থিংবা
লিংজেল মান্নবা অমসুং ওইজবা থাদোকপগী

হায়রদ্রে ন্না অমতশু

কলহৌনবা লৌকোন অসি
ঈচাউগী অৱাবদে।

পঙথেঙ থেঙদ্রিবা অহীংনী
নোংঙানবা ঙাইহি খুঞ্জানদি
তুমিৎ-কাঙ মরক্তা

মঙগ্রেম হাগ্রেন্নরি
অৱাং খুন্দোন্দা লৈবী
ইনজিংবী কুন্দারৈগী শক্তন্না
সিফায়না হাৎখ্রবা
মৌপ্পা লৈফম তাক্তবগী।

অদু ফাউবা
তুমিন্না লৈথোকপা ঙমখি
ঐখোয়গী মন্ত্রী।

ফক্লাং কিস্তরবা খুঙ্গংগী স্কুল
মনপ মতিন চোবা অঙাং ময়াম
চেম্প্রোরক্নুনা য়েংখি
মৈ চুরমদাই চিতাদু।

কৌশিনবা ৱারকপা য়াদমখৈ
নুংশা য়াইদুনা চুরুপ থক্লিবা ওঝানা

অনৌবা খুঙ্গংগী ঙাকলৌ পীগদৌরিবা
পীক্লবা পান্দোং মচাশিং
খোইজঙনা য়েংখি
ঈচেলদা তাউথরিবা লৈশিংবু।

অহঃ শিস্থরিবা মীৎলু পিৱাং
লেপ্তনা চুরিবা কুমগী নোং

ঘৌরগা তম্মু নখোয়না

থায়নগী অরিবা খুঙ্গংদুদি
হি ঙাইহৌরি হায়না তোর্কবান্দা। ❖

অগষ্ট ১৯৯৫

# খুৎশেমগী পাপ

দোলাই তোংদুনা লাকই ঐ
নঙগী য়ুমদা
তয়াং-তশোইবা
পুক্লিংগী লৌফমসি পুদুনা।

অখাক অরাউগা কোন্নবা
কুমগী অহানবা নোংহৌদা
লৌতারকপা য়োৎচিন্না
য়োৎলম অমতং ফাৎপদা

খোঙদোইরকখিবা মীৎকী পি
চৈনা খাঙখিবদু ঐনি
ঐ নুপীনি
খুৎশেমগী পাপ লংশিন্নবা
লাকপা নত্তে ঐ।

অনৌবা য়েন্নিংগীদমক
খাঙখিবা চৈনাদুশু
পুন্সি অমা লোইখিবনী
শিবা-চঙবা অনীগী লংদাইদা।

ইশাগী ঈনা নাওয়োম ওইদুনা
থনম্রে অনৌবা য়েন্নিংগী
চার অমা অনী
নঙনা পামজরবা
হৌজিক্তি —

নহাক্তগী য়াইফনিংবা
ময়াক কল্লবা হুনা

তান পীদে করিগুম্বদা
ঙংনিংবমক লৈরবশু ঙংজনবা
অতোপ্পা অনৌবা য়েন্নিংগী সুর
শৈদমফম ওইহরিবা ঐগী গর্ভদা।

ইরেপ থুন্না কুমথজরবা ইয়ায়সিদা
চরমদা ঈশিং মরিক অমফাও
য়োৎপা ফংদনা
চৎহল্লি ঐবু
শাংলবা পুন্সি লম্বীসি। ❖

জুন ১৯৯৪

# মায়োক্লরকপা

গুহা মনুংগী হুঙোইশিংদা
নুঙ লংশিল্লি
খুৎ-চুপ্পা তাদে
অঙাংশিংনা।
হবরবা কান্দা
অংকোয়রবদা শাংলিবা লৈ
হিকপা থল্লা হেংদুই
শিক্লা শিক্লাদনা লংথোকই
শান্দে অঙাংশিংনা।

মখোয়
অহানবদদি খঙজরমদে
মশিঙ্গাংনিনা,
খুৎলোয়রকই যাম্না থুনা
চেকতুম নুংদুম লংশিনবগী
পাকপা চোংফমদা লীলা মফমদা
তানদুতং খঙহ্রগা লোইরে
জগোয় খুথেক্লুম
লাই হরাউবগী।

অশুম্না লমদম্নরকই
না তাথিবা খুনাই শেমগৎপদা
অকনবা শক্লকই
কৈদাচিংতা নাস্লোকপবুনা
পিন শৎলবা গ্রেনেটতগী।

অদুদৈ —
আইনগী অথিংবা
চৎনবীগী অথিংবা

অথিংবনা ৱারৌহন্নি থৱায় শোক্লা
মায়োক্লরকই
নুঙ লংবদা
মপা চুমখিবা খুত্তুনা। ❖

নবেম্বর ১৯৯৩

# ফিক্র প্রাইস

হায়দবা মান্না ফোঙদোকই
খজিক্তনা ঋাহন্থোক যান্না পীরি
শৈরেংগী ঋাহায়দগীগু হেন্না নীংথি
পরেং খরা —
কুপশিক কুপশিক
থারি চেখুমগী নাকচিদা
য়োল্লিবা পোৎশিংদুগী।

ঋাহৈ পরেংশিংদুগী ঙমখৈদা
তরু তরুবা মীৎকী
মীৎনহা পাঙখক্লরিবা
অঙ্ক মশিংনা
তাকই পোৎকী মমল
ওইরি থরায়, থরায় পান্দবশিংগী।

ফজনা থেন্দুনা থম্রিবা পোৎকী মপৈ মপৈ
চিম্বাল কাংগাংননা
মোমোন মীনোক্তা
খুৎ হত্তুনা কৌশিল্লি হরাউনা
শক্তাকচরি মশানা মশাবু
মগুণগী মরমদা শিৎ নান্না
হায়নরুবা য়াওদবা
হুন্নরুবা ঙমদবা
ফিক্র প্রাইস।

লাঙতক্লরিবা থম্মোয়
মিতাজবা নত্তনা
চঙশিন্নকপা ঙমদে
খোঙ্গুল তারদে লাইরবা কনা

হুমদুনা পুখি পুক্লিংগী অপাম্বা
মীৎয়েংগী পোইরৈ ৱাংমদা।

তুবৎ শম্বফাউ ইকায়ৌজে
ৱাটা-শূ স্তোরগী মমাঙদা।

মশক মনম মহাউ
হাপ হাপ্পুনা লৈশক তাকচরিবা
মগুণ চেল্লবা ফিক্স্র প্রাইস
লৈপোম তম্রিবা গমলাগী লৈরাং
চেক চনবা সিড়ীগী নাকন্দা
মিংশেন চনবা থোঙনাওগী লৈয়িনা
থিংদুনা থমখি চেকশিন্না
মীৎচানবদী লায়রদুনা
লুরুক্লা হনখি নাথৈদুনা
খোঙ্গুল তারদে লাইরবা কংনাশু
হুমদুনা পুখি পুক্লিংগী অপাম্বা
মীৎয়েংগী পোইরৈ ৱাংমদা।

লাইরবগী ইংখোল চাইগোইনুং
ককই থাংবা চীংয়ারম
পেরুক্লা চিন্দম্বা খম্বতোন
কূদাম তৎপা খোংগ্রাউ শেৎ
কাঙলোন নাইদ মুক্লা কাংজৈ লমজেন
নিয়ম য়াওদ শান্নরি
জাতিগী ফিরাল মচু
করিনো হায়বা খঙদমখৈ।

ৱারগা তূম্মি
লৈনিন কাবা লৈমায়দা
বোরাগী পোমফ্রি পোম্লা য়াওন্ননা
শঙ্গোনগা তায়নবা শঙতপ্তা।

মখোয়সিবু ·

মশক্তা মগুণদা মহৈদা
কেনা লেন্নজরিবা বাটা শূ·গুম
ফিক্স প্রাইস ওইরিবী থোইবী কনানা
করম্বা রাকচিংগী থাবন্দা
গুমহৎপীবগে খূনিঙ কায়বা
খম্বতোন কনাগী নুরা থাংবা খুমিৎতুদা? ❖

জুন ১৯৯৫

# লাইরবা

লাইরবদী লায়থুংনি
পোকপদগী য়াওরক্রবা
নংত্রদবু —
প্লাষ্টিক পাখন মথক্তা
তুমখুন তাল্লিবা নুঙজাউদুনা
করিগী য়াওল্লক্কনি
খোঙফম চেত্তবা মালেমসিনা
মশা নোমদুনা হৌদোকপদা?
নংত্রদবু —
উপায় লৈজদ্রবা মীয়াম
ঝোপড়া মনুংগী
করিগী চঙহাৎ হাৎকনি
সমুদ্র খোঙবানগী নোংলৈ-নুংশিৎনা
ঙৈহাক চেন চোংদুনা শান্নবদা?
নংত্রদবু —
লাইরবশিংনা য়ুমলিংঙিবা
তোর্বানগী লমলেম মচেৎ
করিগী লুপশিনগনি
করিগী লাকশিনগনি
শেঙ্গাউ পায়বশিংগী ঈথক-ইপোন্না
জোৱার কারকপদা?

চাক-ঙা চাক-ঙা
শোন্না শোন্না
ঐতদি হিংহনবিয়ু
ঐতদি হিংহনবিয়ু ঐতদি
লাইনিং লাইশোনগী ঈশেং ঈরূ
খীকলকপদা তৌবগুম
নোঙ্থিখি কোক লূকথখি

মাঙখি পুন্সি চবুল।

শিখি তশিবা থরায়
লিশীংনা খুজিং ওইদুনা
তাক্তব্লনা পুখি
মালেমগী মচি মচিদৈ
লাইরবা হায়বা লায়থুংদু
পোকপদগী য়াওরক্রবা। ❖

নবেম্বর ১৯৯৩

# বিন্দুদে লৈয়ি

নুংশাস্বরগী খুখাং লম্জেন্দা
মায়পাকপগী ফিরাল
খুৎশিন্নদুনা লাকই নুংগীনা নুপীদা
অমদৈ অমদা মথং মথং
শিন্ন শিন্ননা।

ঐবু পোকপী ইমানা
থাজৎ খরা নাউপুরিঙৈ
ইমাগা ঐগা
পুন্না চাক্তামিন্নৈ
নুংশাস্বরগী শবমদা।

ঐনা হোল্লিবা নুংশাস্বর
মচেৎ খাইবিরকপনি ইমানা
ইমাগী শিয়োম্নুংদগী,
চোইথোকপা ঙমদে ঐদি নুপানিনা
ইচাগী শরুক খুংবিনবা
লেমখাক থনমদে নুংশাস্বরগী
মশোই চোংখৎচনবা ঐনা শিরগা।

ইমানা মচানুপীদা
মচানুপীনা অমুক মাগী মচানুপীদা
অগুন্না খুখাং য়ারকপা মথং মথং
হৈরকপা নত্তে তমদুনা
অশিংবা কনাগুম্বদগী
থাদোকপা ঙমদে অতৈ কনাগুম্বনা
থায়দে অপঙ অশিং, লাইর ইনাকখুনবা
নুপা নুপী, ধর্ম্ম জাৎ কুচু
চাংয়েংবা ঙমদে চাংয়েংশঙদা
খরদং খোমজিল্লগা নুংশাস্বরদু।

হোল্লি ওসিগু নীংতম্রা
জাতি খুদিংমক্কী নুপীশিংনা
অদুঙৈ লৈশেম্লকঙৈগী
শিয়োন্নুংগী নুংশাস্বরগা শম্নরদুনা
চিংথরক্লি লৈয়ি অসি
শোক্লরদুনা থায়নঙৈগী বিন্দুদুগা। ❖

*ফেব্রুয়ারী ১৯৯৪*

# লুপাগী মগুণ হন্থরকপদা

লুপা ময়েক
উদবা কুইরে নহাক
কৈথেন পোৎলক্তা
থেংনদবা কুইরে
ফুরিৎখাউ মাবদশু।
নঙগা হৌমিন কামিন্নরকপা
কিলো নুঙ, ক্বা মতপ, মিনি ভারা
লোইনা মশক মচু থোকখ্রে
নঙদী অদূম চাউজন থীদূনা লৈহৌরে।
য়েংউ, পোদোন মরুমদা চেরং মথক্তা
চেন্নপ চেন্নপ থারিবা মথাসি
নঙবু উশিত্তবা ঙাক্তা।
মখোয়গী করেন্নবা মীনোক্তা
নঙনা ইকায়দুনা চেপ্লোকই
য়ান্না থাপ্না —

> য়েৎতুম মনাদা পকপা লম
> তিংথৌ মতোন্দা পকপা লিক্লা
> ব্বাহৈদা ওইরবশু চন্নফম লৈ মখোয়দী;
> লুপা ময়েক নঙগীদি
> চন্নফম ফিদা ফংদে ব্বাহৈনফাউ।

পোৎশিং ফবা দুকান্দা, টিকেত য়োম্ফমদা
বস ভারাদা
হেঞ্জিন্না পীশিনখিবা মমলগী
হন্দোকফম থোকপা নঙবু
চিপ্পান ব্বাহৈনা কুপ্পখি হন্দোক্তবা য়ারবগুম
থাক নেমথখি লেঙদনা নঙগী নগুণ
ঙরাং চাক্তৌবা নুমিত্তা মামহলনা

পীরকপা লূপা ময়েক
দক্ষিনা ওইনা ঐগী
কস্নাদা হরাওজখিবা ঐনা;
মখায়, শিকি, আনাদা কায়খোক্তুনা
ওইজবা ঙমখিবদো ইনাক খুনবা;
ঙসিদী ইচা অতোম্বীনা
তোকঙাগুম তারি অশেংবদু।
নোংমা —
মফম খঙদ মাঙহৌরবদা
লূপা ময়েক নঙবু
তক্সি শোনখি ঐনা
ফিক্সড প্রাইস কী দুকান মমাঙদা।

মিতারুরগা অপাম্বদু
হঞ্জিন হঞ্জিন
খোরকই নীংবা কায়না
করিগু তৌনিংঙাই লৈত্রবগুম।

হৌজিক্তি খঙলে
চাউজন থীবা নঙগী নগুণ
চেকলোন্নি নঙসে খ্বাইগী মখা থংবা
ব্বাং চাউরবা দলান অসিগী
মথোল কয়ানা নম্থরিবা
পাকশিন্দুনা খাঙডিবা অরূম্বদি পুরিবা
শিংচেপকুম্না উচল কারক্তা
কনানগু থৌওইবিদনা।

তাহৌরবা লূপা ময়েক্কু
অখুনবা কনাগুম্বনদি
নীংবা থুংবা ওইরিগদ্রা
নীংবা কায়রবা ঐগুম্না? ❖

মার্চ ১৯৯৩

# সরকার অমসুং প্রজা

প্রজানা তৌদে মশাগী মথৌ
ঙাইদুনা লৈ সরকারনা তৌরকপা
মথৌনি হায় সরকারগী
ৱাকৎ চে লানশিল্লি সরকারদা।

কনাগুম য়েংনদে মশাগী অশোয়বা
মতম চানা লায়েংবীদ্রবা লাইরবা
অশোয়বনী ঙাঙনৈ পাল্লিবা সরকারগী
অদুনা ঙাইরি অনৌবা সরকার

চুহন্নিংবগুম কুমগী নোং
পোখোক ফংনিংবা লৌমীনা।

চা হোটেলদা খবরগী লমায়
মমীৎ শুক্তোক্তুনা পাউ তশ্মী
পাল্লিবা সরকারগী মৈশাদা
তাঙ্গোই ওল্লকলিবা লৈবাক্কী ফিভম।

নোংমা লাকই
মৈহৌ লাংপোক থোকখ্রবা মফমদুদা
থেঙনা য়ৌরকপা ফায়ার ব্রিগেড
মশা খীংঙি অনৌবা সরকার
ঈশিং কামশিল্লি উৎ মপৈদুদা। ❖

*এপ্রিল ১৯৯৩*

# মৈতৈ য়ুম্বান

ফম্ফমদা লৈরম্বা অমোংপা ফদী
শং লৌথোকখি
লংশিনখী কদায়দনোমা
মাঙ থারকপা য়ুম্বুনা
মীনৌদু লাকপা উবদা।

নোকমি নোকমিবা মায়থোঙনা
হয়াউ তয়াম সেবা অমা
অহানবগী ওইনা
কৌশিন্দুনা ফমম্মিন্নে।

নৌনা লৈরুবা টি.ভি.
ময়েক শেংঙি ফজৈ
মখোন হৌই তাবা নুংঙাই
মখল মথেন য়ারীনি।

হেন্না হৌবা মখোন্নি
থংনবা চাকখুম কাদা
মচাশিংনা কপ্ল লাউনরিবা
মখুৎ হাম্বা শেংবোই শেংদবোই।

মসিনি নুংঙাইবা
মৈতৈ ইমুংনা চাওখৎপা
থিনরি অমোংপা ফদীদু
ঙসাই কদাইদনোমা লংশিনখিবা। ❖

নবেম্বর ১৯৯৩

# খঙনীংলবদী হংঙু

পৈশা পীরগা চাবা জরদা ক্কাগী
অহানবা মহী ওথোকপগুম
বার্ত্তন থনমগনু হায়রে ফোংনা
ফনা লুনা তিন্নদুনগু —
ঐগীদা পোংয়েং ফংলোইদবা ওইরবদী।

চহিগী অনেম অৱাঙ
ল্যাইর ইনাকখুনবগী ঈ-মরী
চাংয়েং তৌরগা চিথোকখ্রে
চবোন ওইনা চাওখৎপগী
পন্দোল লোমদৌরি নোংমদী
কদায়দনো খঙদনা।

ইনাক খুনবগী কর্ম্মদা —
কোর্স্থ খুদিংগী চাকলেম
পৈদুনা লৈবদু উরগা
পি শিংহ্নে হরাউবনা।

চাক্কী মনম তাদ্রবা
হামচৎনরবা চাকখাউ
পুদুনা চৎলিবা লম্বীগী চাকনিবা
কোন ফেঙগে হায়রুই মশানা য়ানা।

অঙাওবসি ঙাওদবরা
খঙনীংলবদী —
থায়নগী অহন্দা হংঙু। ❖

অগষ্ট ১৯৯৪

# অনৌবা ফোর্মুলা

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদদি
লৈকায়সিদা লৈবা মী
মীদা নত্তে শা-ষণ, হূই হৌদোঙ ফাওবা
মশক খঙডি লোইনা।

মখোয়গী লমচৎ শাজৎ
মচু মমেন মগুণ
হায়দোকপদা চিংনদে ফোংনা
করিগুম্বদা থিরক্রুবগু কনাগুম্বগী
তাকপদা হঙ্গোইদে অখঙবদু।

অদুবু ঙসিদী —
মীওইবনা মীওইববু খঙবগী শক্তি
নিংশিংবগী পাঙ্গল
অগুক্কী মতিক হস্তরে
মরী লৈনদ্রে অমতা।

চহীগী অনেম অৱাঙ
লাইর ইনাকখুনবগী ঈ-মরী
মেৎখায়দুনা মাঙহনখ্রে
ঈ-মতুম ওইনা
ওক্তবীগী শিয়োম্নুংদগী।

থকশি খাশি ঙাকপগী
অশোন অনাদা উৎপা মিনুংশি
চপ লেপথোক্লগা —
খোঙথাং হোংখিবগুম থাবল চোংবগী
শক্তাকচে পীবরোমদা ইশাগী
চঙশিন্নরি হেন্নদুম —

ওইফম থোকহল্লি মসিগু
ঐখোয়গী অনৌবা ফোর্মূলাদা।

নৈরক অমদা নৈবা অঙাং অনী
মমান মমান্নবা
চহি লেঙ্গা ওইদুনগু
চায়োক নাউয়োক্কী
মরৈ ফাংবা থৌশিলনা
চাউকোন কোনশিনখিবদা
শকখঙনদে পোকপদগী শিবফাও
শিরগা কোন্না শকখঙনরি
ওইফম থোকহল্লি মসিগু
ঐখোয়গী অনৌবা ফোর্মূলাদা। ❖

অগষ্ট ১৯৯৪

# খুৎশিন্নবা

খোঙশাল্লমদাই চহীচানা
হুন্দোক্রমবদা ঐখোয়বু

খুনাম চাদবা খোঙফমদা
ইতুং ইন্নরিবা অঙাংসি
লম্মাঙনরোইদ্রা মহাক?

লালহৌবা লৈতে লৈবাকসিদা
ঈখেংসিদি লৈমায়দা তারিবা
খুৎশিন্নবনি নীংতম্বগা। ❖

মার্চ ১৯৯৪

# ভোং কাওঁদৈ

মহুৎ তারবা জ্বারীদুনা
বেড়ী মতেক অমা
শুপ্নগী খুংপায়ফমতা ঙায়রবা
খুবীগা খুদোম্বীগা চপ্তুনা
হুৎ-হুৎ চিংঙি
মহাউ খঙনা মীঙোম্দা লাম্হোকত্রিঙে। ✤

জুন ১৯৯৪

## সনাগী ক্কাগোক্

মনিংথোঙদগী চঙলকপা
মঙালনা নুমিদাংৱাইগী
মচুক পৈনা য়েংলকপদা খুয়া লুপ্পুম্

সনাগী ক্কাগোক হাংখি
ময়াই কারবা দলানগী।

য়েংবতমক্ য়েংহৌই
ফি-থোংদ্রবা উপাল ৱাপালশিং।

হরাউরি ঈ-চঙলবা মঙালনা
ঙক য়োল্লগা ফংখিবা সেনাপতিবু
হৌনদে খঙনা লমদম্রহৌই
চখোম থাঙ্গৎলিবা খুৎশিংনা। ❖

মার্চ ১৯৯৪

# অচুম্বা অমসুং নুংশিবা

সাহিত্যগী চেনাদা
শৈরেংগী ৱাহৈ ওইনা
খরা পক্কমখিনী কংশিন্দুনা।

কুইরদুনা কাউনরে
সিমা লৈখিবনী হায়বফাউ
থিনিংদ্রে কনামতনা
হিদাকমক ওইরবশু
এক্সপিয়ারী ওইরম্রনি খনবদগী।
অদুবু —
থাঙ্গৎলিবা থাঙসিদি
ময়া অথৌবা ঙাক্কি
শকলোৎপা অনীনা
লনাই ওইনা ফেঙনখিবা
অঙম তান্নদুনা মতম চঙনা। ❖

*জনুয়ারী ১৯৯৪*

# ফিরেপ

ন্বারেপ কয়া লৌরি
মীটিং মফম কয়াদা

য়ানবা কয়া পুরক্লি
খোঙজং কয়া চঙশিল্লি।

অদুবু লেপ্লা লৈতে কংবা নাইদে
মীনুংশি অমতা য়াওদ্রবা
হাৎন শুনবগী ঈখেংদী
চেস্থরি অশুম লিরি লিরি
ইচুম তাফম জুরিদগী
ইরম মীরম পুংফাও ফাওজিন্নদুনা
মালেমগী মচি মচিদা।

অনিংবা অমগীদমক
নুংশিবা চাম্মা হাত্তোকই
ফজবা চাম্মা মাঙহল্লি।

মৈরকসিদা চোংশিন্দুনা
চীন অমগী —
অথোৎপা নৎত্রগা অকনবা ন্বাহৈনা
খোঙ্গুল অমতং থম্বসিশু
খিৎকী নত্তে।

অদুবু —
খোরকউ য়াদে চীনসিদা
ঈচঙ থৌবা খোল্লাউ
উরমক্তদা মীৎসিনা
তারমক্তদা নাকোংসিদা।

করিগুম্বা খরদী য়াওরি
হায়দোকপা ইঙম ঙমদবা
চীন-লৈ পুংফা ফাজিন্দুনা।

ফুদিৎ ফুনা চুরিবা নোংজুদা
ব্লাউরি ব্লাউরি শারিবা নুংশা
চোংখৎলকইবা হঙ্গাম পেরে
থিন্দোরক্লিবা হৈনৌ মপান
ফূদোরকপগুম লায়থুং অমা
লৌনগনবা বসন্তগী মপাউ
তমথোকপদি ঙমদে
চীন-লৈ ক্রক ক্রক ফাজিন্দুনা
অদুম খাওডি।

মরমদি —

ঐঙোন্দশু নঙোন্দশু
য়াওদবগুম
পুংয়ান চানা লেপচনবা
ইশা ইশাগী ফিরেপ। ❖

*ডিশেম্বর ১৯৯৩*

# ঐ পোকপদা

খ্বাইদগী নুংঙাইবা পাউ ওইনা
তারমগনি ঐগী মরী মতানা
ঐগী ইথক থোংবশিংদগী
ঐ পোক্লকপদা।

মখোয় পুন্না
য়েন্নদুনা চারমগনি অথুম অহাও
পুন্সি নুংশাংনা পান্নবা
বর পীরদুনা ঐঙোন্দা।

ঐগী ইমা —
ঐগী ইমাশু হরাউরমগনি
নুংশাস্বর শাংনা হোন্দোক্লমগনি
মশা খ্বাই শংজবগী,
য়েন্নীংঙুম তনৌবা ঐগী মায়থোঙ
উরবদা থোইনা হেন্না।

অদুবু ঐদি —
কপ্পনা মাঙ থারদুনা
খ্বাইদগী অৱাবা পাউ অমা
তম্মুগে লাকপনি নখোয়দা।

মদুদি —
মীচঙ খোম্বগী অঙকপা থৌনাদুদা
য়াওরকখিদে ঈরিক অমতশু
মায়থীবা পীবা ঙমজনবা অশিববু
হাপ্লীরকখিদে ঐগীদমক্কি হায়না;
অদুননি ঐনা কপ্লিবা
খ্বাত্থ খ্বাত্থ পাউদম্লিবা। ❖

*ফেব্রুয়ারী ১৯৯৫*

# মরিশুবা পৃথিবী

তম্নগা হৈরকই মহৈদী
হৈরগা ফংদে থবক্তি
য়াংবা হেনগৎলকই ঈমায়াসি
অশুম অশুম।
পাখোকফম ইরৈ লৈত্রবগুম
লুপশিল্লকই —
মরৈবাক নুংশিবদা
লুপশিল্লকই —
মান্নবা খুন্নাই শেমগৎপদা
শক্লকই অনৌবা য়াকায়রোল
শৈথারকই —

লাইবক থীবশিংদু আন্দোলনদা শিখিবা
ওইরম্মী লৈত-লাইরগী ইমুং মনুং
লাইবক ফবশিংদু ইস্তরভিয়ুদা খনখিবা
ওইরম্মী শঙ্গ লৈবগী মচা-মশু
লাইরবগীনা মোংফম, ইনাকখুনবগীনা নাউশুম।

শৈথারোলসিনা মমীৎ পাওহল্লকই
মরিশুবা পৃথিবী অমা। ❖

*এপ্রিল ১৯৯৩*

# নোংথাং অমসুং অহংবা খুদম

অমম্বদা নোংথাং কুপ্লি
অহংবা খুদম মান্না
খংপ্রেক খংহনখি মীৎকুপ অমতং
কাউখি ইশানা ইশাবু।

য়েংবদা উরি থাপ্লা
অঙকপা অহংবা খুদম কয়ামুক
হেন্না নকশিন্নকপগুম ইনাক্তা
অতিয়াগা মালেমগা শন্নরদুনা।

লেপলিবা উপাল ঐবু খুনয়াসিদা
চেল্লাক চেনফোইননা উরাউ-থরাউ
য়াওরোলাউ কৌথোকলিবা
নিংতম শাজৎনরবা হে নোং নুংশিৎ,
নঙদী মুকথেক্লগনি ঐগা
লেপলিবা উপালনি ঐসে খুনয়াসিদা
শেগাদা তাংজবী উরৈ কয়াগীদমক।

শেলবু উনা-শীংনারা?
হকচাং কয়াৎনি ঐগীদি।
ঝুম ঝুম লাউনা য়াম্বরিবা ইপাল ইহৈ
সনা লুপা ইরলনি ঐগীদি।
কনানা নঙবু নিংতম্বা শাজৎনৌ হায়গ্রবগে
করি থোকএনা তৌ শারিনো?

পুন্নমক চীকমাঙনখ্রি
কুপ্লকপদা নোংথাঙনা
থোঙজিল বাংমদা
খংপ্রেক খংই ঐসে ঐ ওইখিদে
অহংবা খুদম উরকপদা।

হায়গে নিংঙম্বগা তৌথোরকপগা
কয়াদা ফরক চৎনরিবা হৌজিক্তি।
নোংথাঙগী খুদম অহংবা খুদম
খুদম অসি উরগা
ঐনা অশুক শোম্থিব্রবা
ঐনা অশুক নুংশা থীরিবা
মিহুল চেনগুম চেনগানরিবা,
ইচাবু খংনুং নুংশিরকইবা
নুপীবু খংনুং নুংশিরকইবা
করিগীনো —
পুক্কিং হামচৎনরক্লিবা?

হংলি হায়বা তাকই খুদম্না
করি ৱাহংনো
পাউখুম হেক্তা পীঙমদবা?
খুদম অমা য়েক্লগা
ৱাহং নহাক ওইখিব্রা?
ৱাহং নহাক ইরগা
খুদম নহাক থমখিব্রা?

অমম্বদা নোংথাঙ কুপ্লি
পুক্কিং ইচোই চোইরি
ৱাহং খঙদনা পাউখুম পীথোকপা
চীংননিঙাইনি হৌজিক মতমগীদি
খল্লিঙৈদা দ্রুং-দ্রুং, দ্রুং-দ্রুং
লোইরোইননা অয়াকপা খোঞ্জেল অমা
খুদমদুগী তুংইনবা। ✤

*মার্চ ১৯৯৫*

# জুদীসিয়েল ইনক্কারী

মীয়াম অমা হে়.চিন্নরকই
কোনুংগী সনখোঙ তন্না
য়োৎপাক থাঙ্জৌ লেংথোংনবগুম
প্লে কার্ড পায়দুনা।
মখোয়গী খোল্লাউ
মখোয়গী খোল্লাউনা
থোনগৎলি চাউরবা লৈপুং অমা
ওইরি খুদক্কী অচুম্বা পামজবা
চোৎলপ কারী মৈখু
মমীং থুপহল্লি অতিয়াবু।

খুনয়াগী চাউরবা লৈপুং
হনগায়দুনা খজিক খজিক
য়াল্লি থিংলী তোংলী য়ৈ
চেক শাই মীস্ত্রীনা।

জুগাল্লিনা হোনদোকই চেন্না চেন্না
থম্মি পরেং পরেং লেপমুক ৱাংনা
ফৌই নুংশাদা
চেককোনগী অকোয়বদা।

মরম চাদবা মীশিগী
খঙহৌ উহৌই হায়বা সাক্ষীশিং
চৈরাপকী অকোয়বদা
নুংশা য়াইরি
চেকহিংশিংনা তৌবগুম।

পিক্তক তৌবা লানবন অমা
ওইরি চেককোম্দু ঙসি হয়েং

লানশিংনবগুম —
পাইরিবা নোংদুমশিংগা
উরি খ্বাউরিবশী :-

নোংলিক কুণ্ডবা নোংজাউনা
লানঙমদ্রবা থব্বায়গী
মখাক নাইবা থৌনাগুম
খাকপগা খোংবগা
লান্দাশিল্লি চেকোন্দু,
নোংফেন চারবা চেকহিং মপৈ
শকফম হঞ্জিনখি —
হান্নগী লৈপুংদুদা। ❖

জুন ১৯৯৪

# মীতোপ

খুল অসি
মীতোপ্না পাঞ্জষ্টৈরসনু
পাঞ্জহৌরসনু মখোয়না থোকপা
চৎশি নঙদী ঐগা লোয়ননা
মতম লোইরে নঙগী ঐগী।

ওইরম্মীদনা নঙসে নোংমা মীতোপ
ময়াংলা, হাওরা, খাগীরা
কবোরা নৎত্রগা অন্দ্রোরা;
নুমিৎ কয়ানীদি
ইহৈ হৈনিংদা তয়াং-তশোয়
ঐগী মোংবা ইরানয়ায়সিদা।

কাউখ্রে নঙবু মীতোপনি হায়বা
কাউখ্রে ঐবু মীতোপনি খনবা
মসিবু হেক ওইথোকপদৌনা
ঙকই ইঙক ঙকই।

মাঙখি কমদৌনা মীতোপকী দাগফমদু
অদুক ময়েক শেংলম্বা
মুৎখি কমদৌনা
খোঙ্গুলদু শুম্মাঙদা তারম্বা
পৃথিবীগী মচেৎ অমদা?

মান্নদবা ঈচেল অনী
তোঙান তোঙানমা হৌরকফমদগী
পুন্না ইতিন্নখিবা
মবুক তপ্পবা তু্রলগুম
চেস্ত্রমিন্নখিবা ঈপাক তন্না।

নঙগী গর্ভদা ঐগী
নঙ-ঐগী অমতা ওইবা
খোঙ্গুল অমা ইনৌ নৌবা
মালেমগী লৈথক্তা নেৎথরক্লিবা
মহাকসিনি —
মহাকসিনি মীতোপ
কৌগে হায়রবদী
খনগে হায়রবদী মীতোপ।

মরমদি
অমতা ওইরবা ঐখোয়নিবু
ইঙ্গোরক্লি অশুম অশুম
নঙ-ঐ খঙহন্দনা
মহাক মশাগু খঙজদনা
নঙ-ঐগী খুভম শিনগদৌবগী।

ঙসিদি মীতোপ নৎত্রবা নঙ-ঐ
অপঙবা তাহল্লি
অপঙবা শীরকই
কান্নদ্রবা কাঙথ থাঙগুম।
কাঙখুলদগী চোংখৎলকইবা
মীতোপ ময়ামসিনা।

নঙ-ঐনা নোক্লখিবগুম
থায়নগী মীতোপ
ঙবোং খোংদাই শেৎপশিংদুদা। ❖

মার্চ ১৯৯৫

# চৈথাবা মী

হূ-য়াঙরবা সিরিঙগী তেঙ্গে
শাফূ কন্না য়ৈশিনজে
মশানা মশাগী হকচাংদা
থৌনা ফনা।

ঈহৌরকই ফমজিন্নবা কোকী-ঈ
শ্বাই পাথোকই ন্নাখলগী ঈচেল
অথনবা ঈশিংগুম,
কামথোরকই মীৎকী অহোবদা
ফজবগী ফজবা ঙাক্তা।

মঙলৈবাকপূ তাইবঙ ওঙ্গ্রেকনিংবা
চাংয়েং অসি অরোন অথুপকী
থাউরেক ওইনা চাইথোরকই
ম্যালেমগী ঈপাকথক্তা
মচি-মচি, শীনবা থুংনা।

শিদৌ লৈরবা মীওইবা পূন্সি
মীৎকুপ অমতংগী নুংঙাইবনা
সনাগী শজি ওন
থৌশারি মীৎমাঙদা মাগী।

মশামক নিথৌদা নিংথৌনি
অঙম অথৌ মনাই মশল
অন্নাৎপা লৈতে
ময়ায় তাঙবল লৌরিবা মাগী,
ফজবা নূপী অহাউবা য়ু।

মহাক্কী মীৎমাঙদা

উরিবা সনাগী শজিনা
মোইথেম তৌই চোং ফম্লদুনা
পুথোকই খজিক খজিক
য়াম্না থাপ্না মশেন মরাং।

নমথি হাঙৈনা থল্লবা
কাও হয়িংগী লৈফমদা
কুমচং অমগী ফত্ত হাউদি
কোক নোম্না লৌজরদুনা
চৈথাবা মীগুম কোনুংগী। ❖

*ডিসেম্বর ১৯৯৩*

## উপায় অমা

থবক্কী মৈত্রাংদা
খুনাং চারবা পুন্সি কয়া
খুনাম তাবা লৌরী থক্তা
হাপ্লুনা কৃপ্তুনা থমখি
অশিবা মমাগী হকচাং।

অদু য়ৌনা ঝাখি
তমহল্লকই মাবু লাইরিক
অঙ্কগী ঝাখল, সাহিত্যগী পারা
মী ওইনবা।

মখোয় চৎখি
চাং য়েংখি, মহাউ তংখি
শূরা শূরগা লাইরা তানবগী
মথেন অমা।

মথেনসিদি চানিংদবা কুইরবনী
থোংমল্লদুনা য়াম্না তোয়না।

পাঙ্গল ইন্না ঝাদনা নুংঙাইবা
খনবসিমক ইথৌ ওইরকই
ঐগী কোক্না।

ওইরম্বা য়াই
অহোবা উতোংদা শোক্লিবা ঈশিং
থনদৌবা লৈত্রবশু
হৈথবদী লেপত্রিবা।
তৃম্বনবু ময়াদ্রবদী
পোখাবনী হায়নিংদে

হীপলিবা ঐসে।

করমদি তৌনি —
হীপলিবা মফমসিমক ঐনা
য়েম্লোকপিরবদি ইচাশিংদা
ফম্বতমক চনগনি।

মতাংসিদনি —
লাম্রবা পুক্কা চোংশিন্দুনা চাবা
য়ারী য়াখোঙ থুন্না।
খজিক্তা ওইরবশু থুগায়জবা
অমুক শেমগৎচনবা

উপায় থিরি
অদুনা উপায় অমা। ❖

সেপ্তেম্বর ১৯৯৩

# তুংগী খোল্লাউ

চঙশিল্লু খরগা হেন্না চঙশিল্লু
থেংনরক্কনি
ইঙেল্লৈ কয়ানা
চিন্নদনা কেনখিবা
মফম অমা।
মফমদুদা —
চোংলকখিদগে করম্বা অনৌবা য়েন্নীং
ঙসি হৌখ্রগা হয়েংগী বসন্তদা।
তাও —

মকুশিংনা নাহেরি
থৱায় লাকপী ওনগদবগী
মহুম মনাক্তা খোইনীং মচাগী
সক্তি তৌরি হাউরবা চরাগীদমক।

য়েংঙু —

মৈহুম মোরোক মরক্তা
শান্তি পাউজেল
মমীৎ থূপলি ইম্ফাল সহর
লেং থৈনরি শকখঙদবা ঙাক্তা।

চঙশিল্লু —

তুং থংনিংবা কাঙবুনা
মাঙদা ইল্লদুনা
লাউই পঙলাউতা;
চঙশিল্লু খরগা হেন্না চঙশিল্লু। ❖

*নবেম্বর ১৯৯৩*

# নীংতম কু

শিঙচেপ থাজিন্দুনা
য়েশিল্লবা উচল
শাবা লোইরবা কু নীংতম্বগী
নাপকীদমক —

চঙঙগা য়েংবা তারি
মীপুম খুদিং
তঙাইফদনা।

থিরি

তিনঙম লাইঙম্বা কাঙবুনা
মতু শোঞ্জবা কাঙলুপ
হান্না চঙহন্নবগী।

শৌবিং শৌবিং লাউই
হকচাং কয়াৎ
তৌহৈদে হায়নরকই
নিংশিঙনরি
থাজনবী অমা মমাঙঙৈগী
চঙঙোইদৌবগী ওৎলৈ পারে।

তিনঙম লাইঙম্বা কাঙবুগী
অচেঙবা তাঞ্জা লুম্মী
মতু শোনবা কাঙলুপ্না

তারক্লবদা অততাই।

তকশিল্লি
কাপথোকখ্রবা তোক্লিং কয়ানা
মপানগী থৌরাং লোইনবা

লাল্লমদায় য়ৌরবদা নীংতম থৱায়না
ফংলমদায় ওইরগুম নীংতম্বা।

অকিবা ফংনা ৱাং-চাউই
মঙালনা ঙমখৈ ওইরি
নীংতম্বগী ফিভম মূর্ত্তি

চনগদ্রা খণ্ড্রি কু অসিদা হাপ্লা
অদূননি —

চণ্ডু তাকপিরিবা ঐখোয় লোইনা
থৌনা ফনা কু অসিদা। ❖

*মার্চ্চ ১৯৯৪*

# য়াউশঙ নকশিল্লকপদা

বসন্তগী হৈনৌ মপাল উবদা
য়াঙনা চেনখৎলি পোৎকী মমল
লৈ লৈদুনা
লৈ লৈদুনা তাম্রে
থবক খুৎশুমল নৎত্রগা থাগী তোলোবনা।
ব্লারদুনা ঙৈহাক পোথাই
মকে শেম্মি
ফৌমায় চাবীগী তুংগী মিরুমদা।

মৌনা সৈশাবী শাবগুম
মমলনা হেংঙো-হোংঙোরদুনা

মীৎচানরকই থাগী তোলোবকা
শারেপ তানগ্রবা পোৎকী মমলগা।

পামদবা শানা শুগৎনৈ
চৎথোকই খোঙকাপ খরদং
হঞ্জিল্লি অমুক
খয়োম লাকশিনখি
মচাগী নিঙাইদা।

হংনরকই
য়াউশঙ কৈদৌঙেনো
য়াউশঙ কৈদৌঙেনো?
কৈথেন্দা লম্বীদা
ওফিসতা বস মনুংদা।
খুৎ থেক্তুনা পানৈ
তারিক্কা চোংথরকই ফক্লাংদগী
চিনবান্দা

অদুদগী চিনবান খুদিংমক্তা।
ফাইরেল থাগী
কোমগোম্নরবা লৈচিনগী ইম্নফি
হক্তোক্তুনা নোংম নোংমগী
ওইরকই ফি থোংদ্রবা
লমতাগী পূর্ণিমা;
নুমিত্তুনি য়াউশঙ।

নুমিৎসিদদি —
অয়োনমলগু অরৈমল ওল্লগনি
পোৎহাপ য়াওবা ঈরাংনা
কুম্মৈগী শেলহাদা
অনৌবা য়াউশঙগী মমলদা। ❖

*ফেব্রুয়ারী ১৯৯৪*

# চীংনা কোয়না পনশারি

শম্বলগী মনুংদা শম্বল
খাজিল্লি মহৈ মহৈ
অঙম তান্নদুনা
মাগী মাগী শরুক।

থেম্মি কয়ারক হন্না থেম্মি
লৈজবা পুম্বা পীথোক্তুনা
শীম্হে নিংঙমদবগী পি
খল্লী ইচা ঙাক্তনি।

তোমথিন্নবা মখোয়গী মীৎয়েং
কারল লামশিন্নদুনা
ঈহৌগী চীংজাউ শাগৎলি;
মশা মরেং ফল্লবা
চীংজাউনা কোনশিল্লি ৱাখলগী ঈপাক।
ৱাখলনা লুপথখি মরনাই
ঐ লৈরম্মী খঙনবা দাগফম
হকলম্মী চারোন শুরোনগী
থোৎ নৌরবা খোঙয়াদুদা।

দাগফম কয়াগী শোইনাইহল্লবা মূর্ত্তি
শাহৌ ফরবা অমঙবা নোংদুম
ঈঙাং তৈরবা নোংজাবী ওল্লদুনা
লেপখৎলকই
মশা ৱাই শংদ্রবী
মালেমগী অকোয়বদা;
চীংনা কোয়না পনশারি।

ইঙনা চীক্লা খুন্দাখি
পেনাগী চৈজিং সুরদা

চীংনা কোয়না পনশাখি
ইরৈবাক অমা ইমাগী শায়োন
পূজা কৎনখিবা নঙগীদমক।
নাউশুম ঈশৈশুম চহীগী লৈয়িনা
শক্লোন কায়রবা ইমাগী শকফমদা
নুমিদাংব্রাইগী মতমদা
নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা
অহাঙবা লিক্লি, মৈনমগী চৈখোক
কাপথোকখ্রবা তোক্লিং, শিজিন্নরবা ডি.ও লেটর
ব্রা-গী এলাষ্টিক মতৎ
ব্লারৌবা হৈত্রবা অমোৎপা মপৈ মপৈনা
শৈশক অমা থরুমগী শিয়োম্নুংদা
মপোপ কায়দ ঙংনরকই।
খরনা তেঞ্জিল শাবা চীংদোলগুম
খরনা তেঙ্গা থোংবা লীরুংগুম
শমায় লৈনা পাইরিবা
নোংদুমশিংগা লানশিংনরদুনা
য়াক্লা কনবা খোল্লাউদা;
চীংনা কোয়না পনশারি।

শেৎপা চাবা মনিং থুংঙক্রুবা
নিংঙাই কনবা মচাশিংনা
কোয়শিল্লদুনা ইমা নঙবু
শেৎকে চাগে পীয়ু
ফিজি য়ান্নরিবা মাঙ-তুং
নিংহন্নবা লৈত্রবা ব্লাখললোন
মনিং তম্বা ব্লাখলগী;
চীংনা কোয়না পনশারি।

কংবনা ফগে খল্লবরা
কংদুনা তদ্দি ইমা নঙদী
ফীভৌনা কৃপখ্রে অশিবা হকচাং।

হন্নক্ররোইদবা পাৎ ভুরেল, উমং রামংগী ফজবনা
পিরাং শিঙ্গরি লিরি লিরি
তেংথারী মচা ওইবগী থম্মোয়দা।
মীরোল অমগী তুংদা মীরোল অমা
হোৎচিন্নরকই নিংঙমদ থম্মোয় পুরদুনা
মীনুংশিনা ঈমায় পাথোকই
ফোঙদোকই অরাবা
তুমিন্না লৈবগী হৈনবী
লূরুক্কনা লেপ্লি অকোয়বগী চীংশাং পরেংগুম;
চীংনা কোয়না পনশারি।

ইথৌলাংবা ঙাক্তনা
চীরুগনবা হুইয়ামগুম
লেনবা তারি পুন্সি
ঙাইবা তারি তরু তরুবা অয়ুক
অহীং অসি লোইদ্রি;
চীংনা কোয়না পনশারি। ❖

মে ১৯৯৪

# য়াওল লুপ

কুইরবগী [illegible]ংদা
মীয়ামগী অয়াবা য়াওনা
শায়োল্লকপি মহাত্মা অমা
শিয়োমুংদা
ওক্তবীদুগী।

খন্থরুদে —
ঋৈথখিবা ময়ামগী মরক্তা
য়াওখিবা মহাত্মাশিংদুদি। ❖

জুন ১৯৯৪

# য়ুমগী নুপীঃ
## চাক থোংবা অমসুং ফি-শাবা

থোংনিংঙাই নৈত্রি হোরেনগী
অহাঙবা পাত্র ময়ান্না
ইশৌ লাংঙি
য়ুমগী নুপীদা
চেঙগীদমক
ঈশিংগীদমক
মৈগীদমক।

হামুক চুরবা চফু মনীংদা
শয়ি মৈতানগী অশাবা ইনিন
মনুংদা চেঙ অমসুং ঈশিংগী লান
কনানা খঙনি মদুমক
য়ুমগী নুপীগী পুন্সিনী।

তরানী চঙনা শারকপা ফি
য়োনখ্রগা ফংলকপা শেন্দোং
য়োংচাক চরোং অমা
ঐনা পাবা হৈতবনরা
মীনা হেনজিনখিবনরা
নিংকোক নিংকোক
অহীং তুম্বা য়ারমদে।

অসুন্না —
নামৎ মাঙবা অহীং কয়াদা
লম্মাঙনরিবা হে য়ুমগী নুপী
নখোয়গী য়াইফবা নুমিৎনা
করম্বা চিংজিনগী অয়ুক্তা
মীৎ-মায় পাঙহনবিরগবা?

*ফেব্রুয়ারী ১৯৯৩*

# থিখিশিরা

চেঙ্খোরকই
অঙৌবা শগোল
ইতিহাসকী লামায়দগী

অদুবু কমদৌননো
হংনরি ঐখোয়
থৌনা ফরবা লানমী।

খোঙ্গুলশিংদুনা
অহংবা খুদম
খুনামশিংদুগী চাদা-নাউদা
হেন্না লম্মুক্করিবা চীংয়া লম্বীসিদা।

থিখিশিরা ঐখোয়
থৌনা ফরবা লানমী?

নত্তে —
য়ৌরুবা মফম খুদিং
মীথা পোল্লে য়াজবা
অইবা ৱারোন-চে
থেংচিনবীদুনা মরাইবক্তা
য়ৌরকথিবা
ইরমদমসিদা।

চৎনীংবতা চৎপা য়াবা নিয়ম
শেন্নখিবনী মখোয়না;
শেন্নদুনা মদুবু
লাকখিবনী মতম কুইনা।
লুরিবদী —

নাপলগী লেংয়ানফি হাইগক্তুনা
ইন্দ্ররকখিবা অঙম অথৌ
আর্য্যগী চারোন শুরোন
কদায়দা ঙন্না লোংলি?

থিখিসিরা ঐখোয়
থৌনা ফরবা লানমী?

মখোয়গী ফিরাল জয় ওইবগী
হরাউ-মথোই কাবগী
থোইচং রাঙচংনবগী
হাই হুম্রি অতিয়াদা।
তৌবতবু
চক্র য়েকপরা
ষ্টার য়েকপরা
নংত্রগা লিন য়েকপরা
মফম খঙদ্রে।

থিখিসিরা ঐখোয়
থৌনা ফরবা লানমী?

অমুকসু —
থারম্বা পাম্বী
নীংতম চহীগী
নিফুশুবা কুমওন্দা
শারেপ ফারকই ঙন্নমক
ইয়ুক্লিপটস, গোল মোহর, ককেসিয়া;
মখোয়গী মশা মরেঙনা
নমহংলদুনা
শিরুম নারুম খাঙলি
চাউজনথীবা [illegible]দমসিগী চার।

লাংয়েৎনরিবা মফমসিদা
মাঙখিমান্নে অঙৌবা শগোল
য়ুংলত্রগা মখোয়গী ফিরাল
ইতিহাসকী লৈমায়দা।

থিখিসিল্লা ঐখোয়
থৌনা ফরবা লানমী? ❖

ডিসেম্বর ১৯৯৩



চীংনা কোয়না পনশারি/১০০